১৯৮০-৮১ গী মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী শেল্থংনা ফোংবা

# লংমাই পীতঙ্গা

অইবাঃ

মমল লুঃ ৫

কে, ধীরেন

অফোংবা— অইবা

অহান্বা ফোংবা— মার্চ ১৯৮১

মশিং— ১২[illegible]




ফংফম— ইম্ফালগী মাইরিক [illegible]বা চুকানশিং

নম্ফম— থোংনাংথাবা প্রেস, খুরাই লম্নোং কৈথেল।

# মীথিং

নুপা—

| | |
|---|---|
| নিংথৌ— | মীতৈ নিংথৌ উরা কোম্থৌবা |
| বামৈ লাম্থাবা— | পীতঙাগী মপা, শেলোই লংমাই নিংথৌ |
| পুন্সি য়ুম্মোইবা— | খুমন নিংথৌ, খয়োয়রোল কৈরুংহাংবীগী মপা |
| সনা লাকখ্বা— | মোইরাং নিংথৌ, লৈম নামুন চাওবীগী মপা |
| নাউথিংখোং— | মৈদিংঙু উরা কোম্থৌবগী মপারি |
| নোংবান শোইশেম্বা— | মৈদিংঙু নিংথৌগী গোয় পাম্নবা |
| পুখ্রম্বা— | মীতৈ ফম্নাইবা অমা |
| নোংথোলবা— | মীতৈ ফম্নাইবা অমা |
| অয়াওবা— | বামৈ লাম্থাবগী মনাই: |
| | লাম্মী, মনাই অশিন অরাং খর। |

নুপী—

| | |
|---|---|
| খাবরোল নোংজেংশু— | মীতৈ লৈমরেম্বী |
| লংমাই পীতঙা— | বামৈ লাম্থাবগী মচানুপী, নাউথিংখোংগী অহানবা তালোয় |
| খয়োয়রোল কৈরুংহাংবী— | খুমন নিংথৌগী মচানুপী। |

---

লিলা অসি শান্নবিগে হায়রবদি অইবদগী অয়াবা লৌবীয়ু।

লাইরিক অসিগী বারীগী লীয়াং
"নাউথিংথোং ফম্বাল কাবা"
দগী
লৌথোকচবনি ।

# লংমাই পীতঙা

## Act I.

নুংথিল কংলা

উরাকোম্থোবনা নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেংনা
লৈতেংলগা ফম্বালদা থবাই নুংঙাইতনা ফম্লি।
মচা মনাই অঙম-অথৌ শেলুংবা, পুঞ্চবা
নোংথোলবনচিংবা কয়াম্থু সনা য়াথং করি
হায়রক্কদগে হায়না তুমিন-তুমিন লৈনরি।
তাঙ্গা অসিদা থাবা শলাইগী লৈমরেন নোংজেংশুনা
মৈদিংঙু সনা থাদ চংজরক্কুনা খুরুম্মী।

নোংজেংশু— ইনিংথৌ

নিংথৌ— লাঁউ ইশানৌ লৈমরেল। তম্মু করি অরাংপা

নোংজেংশু— ইনিংথৌ

লৈবাক থৌনা কনবনা অকাউ পরৈনবিরত্র?

নিংথৌ— করম অকাউ পরৈগী লংজিন কিগ্রবনোনে

লৈবাক রারা লৈমরেন করি রানো তম্মুদঃ

নোংজেংশু— পলেম মমা ওইবীগা পারি মমোম কায়নবা

মঙাল য়াওত্র থাবলগ পাংথক ওইরে ইনিংথৌ;

ফিগাও শানা য়াজরি পিবিয়ুনে নাউথিংথোং

নিংথৌ— ইশানৌও নোংজেংশু তম্বা মীকোক কয়াম
পোইরৈ শিন্না থাহনা পারি মাবু কংনবা
থিহনশ্রবনি ঐস্থ খুংনাম থোঙ্গুল লিনবা।

নোংজেংশু— ইনিংথৌ !
পায়ম লৌশিং তাম্লিবা নবা শিংদ চল্লিবা
ইপারি নিঙথি চংথোনবা নবা মাই মরালবু—
নিংথৌ কাদ লংজবা হকমনখিবা লৈবরা
নবা ওইবা মহাকপু সনা নাক্তে তাম্থোকপা
নপারিনি ইনিংথৌ লুনা চান্না থমজবা

নিংথৌ— ইপারিদি নাউথিংথোং অচানবদি পারিনি
লৈবাক থৌগাই পুরিবা নিংথৌ ঐগী থৌরাংদ
পম্থৌ মপাস্থ ওইরিবা ঐই বাবু ইন্দবা
ওক্সনু শিংসনু থন বারক বাতেম্নবদা
হায়বা ইন্দ চৎখিবা মদোম হঞ্জরকনি।
নিংথৌ মচা ওইরগা শাদা লান্দা হৈত্রবা
থাংদ তাদ হৈত্রবা করম অথৌ লাঙ্গোম্নি ?

নোংজেংশু— অচুম্বনি ইনিংথৌ অহুম অহুম ওইনমক
নপারদি চাউদ্রবা করিস্থ থংজিব্রা
নশানৌ ওহবী ঐহদি য়াইরেল্লকী য়াইবীনি
য়াথংহুদা তাকপিয়ু অকন থৌদা পিবিয়ু।

নিংথৌ — তম্বা কনা কনা লৈ ? পারি হোংনেম চাউদবা

নিংথৌ— মাইকৈ মরি লাক্ল চং উনা উপ্পা লোংনা হাই
লোংন তাব উপ্পা য়েং খঙননবা মখিক্ল।

মনাই ময়াম— ইনিংথৌ, [ থুরুম্লগা চংখিবা ]

নিংথৌ— ঙাইখো ইদাই অচানবা।
করিগুম্বা মহাক্না থেম্ম নৌনা হায়বদা
হনসি হায়বা য়াজ্রবা অকন অরিন শিংলুম্বু
লৈফম দুদ খঙলগা অহুম তম্না হল্লকউ।

নোংজেংঙ— ইদাই নঙবু তাবরা, মসিমক্তু হায়য়ুনে
পলেম মমা ওইবীগী হাংল তম্পাক তমনা
পাম্নি মাবু ঙাইহনা লৈহৌইদি তম্নম্মু।

**Light Off**

## Act II.

ন্মোংমাইজিংগী থেল অমা　　　　　　নুমিদাংবাইরম

পীতঙা পুল অমগা লোয়ননা লাইজ ঈপাল লাংনবা
ঈথোং অমা তান্না চৎকদবগী থোগ্নকই— থবাই
মুঙাইতবগী মওংনি, পুল থম্মী, লৈ অমা থৎলগা
চিনশিল্লি।

ঈশৈ—　　ইঙাই থকপী নোঙ্গৌবী
কুমগী নোংবু লান্নগা
ঈথৌ লাংবা কোক্কনি॥

কুমগী নোংদম ঈশৈদা লৈরাং থম্বাল শাংচহৌ
থঙলেন্ খোইমু থিজহৌ অপাম মুংশি থুংনহৌ॥

শেলোই লাইজ ঈরিক্লা লৈশাং তম্বী লৈবাক্লৈ
লৈরাং নঙদি কেল্লবোই ঈন্নুং পুঙ্গোই লানঙমদ॥

ঙাংন-ঙাংন পুল অমা পাইখৎলগা ঈশিংথোং
তান্ন চৎলি, তাঞ্জা অসিদা নাউথিংথোং
লম্বেল লমশাং লাকপগী অবাবা, কোরৌ
মৈশা লাংবগী অব্রাবা, চান্নক থকলক্কবনা
চোকথরবা মশা অহু উরুম লাংবা উথা
অমদা অবা পোথারি— মশা অহু অরাম
থৌরাংনা থৌগংনবগী মওংনি।

নাউথিংখোং— থুংফম খঙদ পাইরিবা অপাইবদি লৈচিন্নি
লম্লেক হাম্বোই কাওরেনগুম মফম খঙদ চৎলিদে।
লৈরাং লৈথল লৈতেংবা লোইবী লোকমাই লমখৈসি
লম্লেন লমদম লমনুংশি লমদল্লগে লম-শাগুম
চীঙ্গী চীংজুম্না চীংলক্ত চীঙ্গোইদৈ চেল্লিবা
চীংন চীংন চখোম চখোম চুরুপ চুরুপ চুপ্তুনা
চিংশিল্লদি চিনসিনা, চেনঙমগনি চীংয়াদ।
চীঙ্গী চীংজুম খুজোকমা থিবা ফংবা লৈতরি
চেপ্পখিবা ঈরাউখোল ত্রোং ত্রোং লাওনা মতারি
[ অসি হায়রল্লগা নাউথিংখোং ঝামন্দুনা
উরাং অমদা ঙাথরগা ঙাইহাক উরি
তাঞ্জা অসিদা পীতঙা ঈশিং শোক্লুরগা
লাকই— নাউথিংখোং উবদা ইঙক ঙক্লা
য়েংলি, মিৎচানৈ ]

পীতঙা— থয়ুম লাইর কনানো মুঙাই তুমখুল তাল্লিবা
চেংলো শকফমসিনা মুজা লকাদা মিরেন য়ৈ
তম্বা ওইরে মিৎপাংলো থয়ুম ওইরে মশানখো।
[ নাউথিংখোং তাঞ্জা অসিদা মীকপ
থংখোক থোক্লকই— য়েংনৈ ]

নাউথিংখোং— লৈরাং মতম মাল্লিবী শানৌ হায়না ঝাহোগে
মুজা নঙবু তাবরা? পাখঙ ওইবা ঐহাক্তী

নাউথিংখোং— কাহৎলবা কায়াৎশিং থাম্বী মৈপোক লাংগুম্মী
পুলাং লুয়োই থোংলিবী মুজা নঙগী লাইজং।
নোংদোল নোংলিক ওইত্তুনা ঈখৌ লাংবা কোকহল্লু
চোকথরবা হকচাংসে তেকখৎনবা থকচগে।

পীতঙা— মুজা ওইবী ঐহাক্না থঙলেন হায়না বাহৌগে
পাইম মুংদ খল্লিবা করম্নবু হায়সিবা?
কোয়ৌ মৈশা লাংবদা মুজাই লাইজ ঈশিংনা
ঈখৌ লাংবা কোক্কনা, তম্বা পাইম ইংগত্রা?

নাউথিংখোং— কোয়ৌ মৈশা লাংবদি পামেল উখা উরুমদা
মালং মানা য়ৈরগা মৈশাত্তুম্লু মকোক্কৈ
মুজা মৈশা লাংবদি মুজা মাগী মথৌনি।

পীতঙা পুন্দগী ঈশিং হৈথত্তুনা পিথকই
থক্ক থক্ক ইকাইনা য়েংনৈ— মপা চানদনা
ঈশিং হৈদোকই— নাউথিংখোং মবুক থম্বগী মওং

মুজা চেংলৌ অহেনবী লৈরাং মতম মাল্লিবী
পম্মৌ কনাই মশুমাং লৈরাং লৈশাং তম্বীনো
কোলোয় করি মীঙ্গৌবা খঙজনিংই তম্বনা।

পীতঙা— থঙলেন হায়না বাহৌগে নুংশি ফিগৈ শেংজরি
লংমাই অচোং য়িম্মেনবা শেলোই লংমাই ফুরুপকী
বামৈ লাম্থা নিংথৌগী ইদোম তরক শাৎচবী
পলেম কোলোয় তম্খাই লৌ পীতঙা কোলোয়বীনি॥

পীতঙ:— নতিক নঙাল অচৌবা পাখঙ ওইবা নহাক্তী
লম্লেন কৈদৈ লমথোকপা থঙলেন করি কোলোয়নো ?
পাখঙ ফিগৈ শেংবীয়ু মুজা ওইবী ইকাদ॥

নাউথিংখোং-- শানৌ ইনেম মচাও কংলা ফমথোল ফল্লিবা
তাউদনবগী য়েক্লানি কোলোয় মিংলেন নাউথিংখোং

পীতঙা— পাখঙ কোলোয় তাবদা পাইম পূক্লিং হূখিদো
পাখঙ কৈদ লমথোকপা পম্বুং কৈদ তানবিবা॥

নাউথিংখোং-- পম্মৌ ৱারক মীচৈ ফং ঈপল চৈগী চৈথেং ফং
লমথা শলবোই শাহুনা ৱাইথুংবনি নুংশি কা
য়াইবী পুনা চেল্লিবা পাখঙ থৱাই কল্লুবা।
মুজা খুজেং পালোয়ন পোম্বী চেক্লা য়ুম্দিম্না
চেক্লা য়াইবী কম্নবা চাক্তাফমধু থিজরি

পীতঙা— শেলোই চীংদ শাৎচবী শিঙেল লৈরাং ওইবীবু
পোইরৈ মীতৈ লৈবাক্কী মতিক চাবা ওইরোইদা।

নাউথিংখোং-- মোম্মু নঙগী পুহুং ইন নুংশি নঙগী মিরেল থুপ
লংমাই তেংনা য়িমকাগে শেলোই কাদ মুয়িনসে।

পীতঙা— ওইথোক্কবা য়াৱানা চীঙ্গোই পাউমেন্নবিবা—

নাউথিংখোং-- মুরা নফম লাংসিদা য়াইবী থুপ্না পানঙমগে
চীংঙু শারেপ্নসনু। শেলোই লংমাই অসিগী
নোংপোক নিংথৌ-পাম্হোইবী চীংঙুববু পন্দুনা
শরি পন্দোল লোম্লগে মুংশি থৱাই কল্লুকো।

নাউথিংখোং— হয়েং করিগুম্বা নোং পাখঙ লাইবক চাওবনা
লৈকোই ময়াই লেপ্লবা লৈম ফমথোন থিন্দোক্কে ॥
পীতঙা— লৈম ফমথোন পামদুনা তুবী নঙবু থম্মোইদা
চেৎনা থাগোম্নজবা ইতিক ইপা ওইজদে
পাখঙ নঙগী অব্বাবা মতেং পাংগে থঞ্জৈ
থঙলেন নঙগী নকাদ মুংশি ৱাতেম্নবনি।
অসি কোয়ৌ নোংসিদ পাখঙ য়াইবী কন্নবা
মোম্নু ঐগী ইরানয়াই মুংশি খোঙদোয় হুল্লসি।
নাউথিংখোং— চেক্লা নঙবু ফংজবা মুংশি পম্থুং য়োজরে
শানৌ নঙবু ফংজবা থবায় মিরেল থুপ্লনি
মুংশি হৈনা তুংইনগে খুজেং পালোয়নরসি
চিং-উ নঙগী নশাইগোন মুংশি ওইবা ঐহাকপু।
[পীতঙানা নাউথিংখোংবু খুজেং পালোয়নদুনা
চিংদুনা চৌংগী অঙম্বা শরুক্তা কাখৎগ্রি]

Light Off

## Act III.

কংলা অয়ুক

[ উরাকোম্থোবা ফম্বালদা ফম্নি। মচা-মনাই অঙম-অথৌ শেলুংবা, পুম্ববা, নোংথোলবনচিংবা কয়াস্থু সনা য়াথং করি হায়রক্কদগে হায়না তুমিন-তুমিন ফম্লী। শিল হায়দোক্লি্রগৈঙদ হাওয়াম ময়াম লাংচুনা হোয় লাওচুনা চংখিবগী থোঞ্জেল তাম্না তাই। তাঞ্জা অসিমক্তদা নোংবাল কদেম শোইশেম্বনা লৈথোম লৈনাং ইতে তৈনা পাথংনা চেনশিল্লকই। ]

কদেম— ইনিংথৌ।

ননাই কদেম ঐনা খুয়া খাদ খুরুমজরি

নিংথৌ— ইদাইরেম নঙনা ইপা পাথংনা চেল্লকপবু লৈবাক্তীদি করম্বা য়াম্বা চীঙোই মপাউনো ?

হায়য়ু তাসি শোইশেম্বা।

কদেম— নদাই কদেম ঐহাক্লা লাইজ ঈনৌ তাবদা ইকা ঙাবু ফাগদৈ শোয় নাপ্পবু লৈরিঙৈ নাদ ঈথোং মক্কদা হাওরৈ নোংপোক পাংবদৈ শেলোই লংমাই লালোইশিং লংমাই লালোই লাল্লাওদি

কদেম— ছয়েন করি লল্লাওনো কোরৌ নোংবু খোঙ্গুম্মী।

নোংখোন— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ শেলোই লংমাই ফুরুপ্পী
লিক্লাই ঈনিংথৌ নহাক্কী পাম্বোম মথা থাবনি
কুমগী নোংদ চাওজবা হঙোই মচা কয়াদি
লিলহা ওইবা কয়াগী মচিঙ্গাকপু ওইদত্রা ?

পুত্রম— ইনিংথৌ
করি মতিক লৈহ্রনা ছয়েন লাল্লাউ লাওহনা
লাইরেল মৈদিংঙু কাদা শায়মা তিংখং খোঙয়ুনা
শিঙনগেবু হায়হনা ছয়েন লান্দারক’নো ?
[করিগুম্বা খর হায়নিংবগী মওং
উৎলি কদেম চনিং-চামাং শম্নত্রি]

নিংথৌ— পোইরৈ অথৌলিচা হেপ্পা অথৌ লাঙ্গোনবশিং
করি মতিক লৈহ্রনা মীতৈ সনা য়ুম্বীদা
শেলোই লংমাই ফুরুপ্পা উরাই হকপা ঙমগমি
পায়ম তথক্লখিম্নু— ইদাই নোংবান কদেমগী
ময়াবা মপাও তাখিসি। পাউগী শাউদম পম্থিংত্রি
হকচাং হকচোল্লবনা হঙ্গৎপদি ঙমদরি
শামু থুক্ষম চেপ্তরি পায়ম চনিঙ তাক্কদ্রি
য়ারম মতোল লোম্নবা য়ায়োল মথা তাখিসি।

কদেম— লাইয়েল কোরৌ ইনোংথৌ
শেলোই লংমাই ফুরুপ্পা তুবী নকম লাংসিদা

কদেম— লান্দাগেবু হায়রুনা হুয়েন লল্লাউ লাওদেদো।

নোংথোন— নত্রবদি কদাইদা?

লংমাই লমকেৎ লমহায়'শিং হাওরৈ কদোম পাংগ্রবা?

কদেম— তাখিসিদো অঙম্বা!

পুগ্রম— হায়য়ু কদেম শোইশেম্বা— মথা তারো তারসি।

কদেম— অঙম্বা—

হাওকপ চীংশাং লান্দাগে লালগী লাল্লাউনরকপা

শোয়বা তারে শোইশেম্বা খঙ্গরদুনা নদাইনা

কোয়ৌ থোঙ্গা তানগ্রবা শাশিল্লগে খন্দুনা

লেপ্পৈ ঙাপুম লৌজরে শমু হকচাং পুমতৈ তৈ

মালেম লৈদ য়াহিপ তা, লৈরোল ঙাইবা হকচাংগুম

য়াইবী নিংশা শংহোন্না শিশিন্নখি নদাইনা।

নিংথৌ— (নোক্লদুনা) হাঃ হাঃ হাঃ কদেম নঙদি,

পাইমা লৌশিং চাউইদ

মীতৈ ঐগী ইপাচা তম্বা কনাই লুরেলবু

য়েক্লবগী মথুক্তা তাহনফদে শোইশেম্বা

মসি মীতৈ ঐখোয়গী পাগী পুগী শরীনি।

নোংথোন— তুবী নিংথৌ ইনিংথৌ! শেলোই লংমাই ফুরুপসি

লমকেৎ লমহায়মল্লিদ— অদুগীসু মথক্ত

মীতৈ লমগী পনথৈদ য়াবা 'মত্তা পাউহংদ

বারম 'মত্তা বাকত্তা শেলোই মনিং তৌবদি

নোংথোন- কদেম— মতিক চাবা চৈরাক্কী চৈগী চৈথেং পীবি'নি।
ইনিংথৌ ! শিশিন্নরবা
শমু ঐগী হকচাংদ লংমাই মরাং হৌবশিং
শমু খোঙন তান য়েং কদেম ঐবু হুল্লানখি
অতুগীসু মথক্কা হোরেল তম্না তেরকপদা
লালু চোনগাই লৌরসি হায়রম্নগা খোঙশানখি
লংমাই মিংয়েং হুক্লম্বা সনা থাগী তয়ুমনি।

নিংথৌ— ইয়া— ( শাওনা )
শেলোই চাশিং লাকচৈদ
মীতৈ ঐগী ইরমদ শেলোই মিংয়েং চংলবা
নিংথৌ ঐগী অচানবা নোংবান কদেম হকচাংদ
শমু খোঙনেং খোঙতাবা মতিক য়েংগে হন্দক্তি
লালোং সিগী লাম্হোংসিবু ........।

নোংথোন— লাম্হোং হায়বু ইনিংথৌ !
নদাই কদেম শোইশৈস্ব লালু চোনমাই লৌনবা
নাদ ঈথোং মরিন্দ লংমাই শোয়দ তেরকনি
বাংলেন অতুমক্তদা পোইরৈ লালোই পুম্বনা
শেলোই মাহগৈ তমতুনা মতিক থোকপা লাক্লসি।

নিংথৌ— ফরে অঙম্বা 'হুদি শেলোই লংমাই লমকেৎপশিং
মোংবা মরান থাগুমসি খিল্লে হুজিক লাওথোকউ।

নোংথোন— হাই হাই তম্বা, তারিব্রা ? নথোয় কনা কনা লৈ ?

মনাই ১— ননাই লৈজে অঙস্বা [ পুরুস্মী ]

নোংথোন— চৎলো, থিল্লে, হুজিক লাউথোকউ মীয়াম পুম্বদা
থোঙলৈ থুদ য়াদে সনা য়াথংনি থঙলব্রাও ?

মনাই ১— করম্বা য়াবা চীঙ্গোইনো তাকপিসি অঙম্বা।

নোংথোন— থিল্লে থিন্দদ থিল্লু কংলা য়াইবুং অচৌবা
তুম্মী লাইরেল ময়াথংদি য়ুমকোক থুদিংমক্তগী
তম্বা নিপা ওইবশিং মীকোক 'মমম থোক্তুনা
লংমাই লালোই পুম্বগী লানগী লাম্বা তৌগনি।

মনাই ১— [ চৎখি ] পুংজাউ থিনবা দোং দোং দোং—
দোং দোং দোং দোং— দোং দোং দোং।

**Light Off.**

## Act IV.

লম্বেল ফুমিদাং

[ পোইরৈ মীতৈগী লাম্মী খরগা লোয়ননা ফম্নাইবা অঙম-অথৌ লাঞ্জিংবশিংনা লংমাইশিংনা লাক্কদবা লম্বেলদা ঙাইহনা লৈরি— মখোয় মশেল মাইকৈ থুংনা থংপগী মওংদ খর-খর খায়দোক্লহনা চংনখ্রি নাগ তুরেল খোং-মুংদা লৈবগী মওংনি। লংমাইশিংনা হল্লকপা মখোল তাই। ]

লাঞ্জিংবা— হায়! তম্বা কনা লৈ?

১বা লাম্মী· ননাই লৈজৈ (খুরুম্বা)

অঙম্বা— হাওকপ চীংশাং থেংলুবা লংমাই লালোই হল্লক্লে লাঞ্জাবা 'মত্তং চত্তুনা য়েংঙু কদাই য়ৌরক্লবা! কদেম!—

কদেম— অঙম্বা!— করি তাকপিগদবা?

অঙম্বা— শেলোই লংমাই ফুরুপ্পা হল্লকদ' য়াংদৌশিবু হাওরৈ কদোম পাংলক্কনি অসোমদবু লাক্কবরা?

কদেম— ওইগদমাল্লে অঙম্বা। লংমাই শেলোই অপুম্বা কদেম ঐগী ইহকচাং শমু থোঙনা তান য়েং হাওকপ চীংশাং থেংলুবা হলবাইরকপা মতমদা লালু চোনমায় লৌরসি ঙাঙনথিবনি মখোয়

অঙম্বা— ফরে মৈদিংঙু মদাইরেম লংমাই 'খোয়গী মতিকতো
ঙসি কোরৌ নোংসিদ খঙলগনি শোইশেম্বা।
শেলোই মখোয়' লমকেৎপা লংমাই মখোয়' লমহাইবা
মীতৈ সনা পুংময়োনগী অথৌ লাঙ্গোনবশা
তনবা কাচক হৌবগী শমু খুত্তা খঙহনসি
পায়মা লিংজেল উৎলসি অথৌবশা চেকশিল্লু।

কদেম— অচুম্বনি অঙম্বা—
মীতৈ লালোই পুম্বদি শঙাইশেল মৈবী পাইবগুম
হুয়েল লাল্লাউ অমদা শারেল নোংশা পান্দম্নি
মীতৈ লালোই অয়াম্বা শতু নারক চংহুনা
তাংজ লিলগুম লোনথুপ্ন হুয়েল লাল্লুম্মুবনা
ফরগনি অঙম্বা।

১ব। মনাই— (চেনশিল্লক্নুনা খুরুম্মী) অথৌবা, শেঙ্গোই লংমাইশিং
হাওকপ চীংশাং মাইকৈদগী হরাও মথোই কাহুনা
য়াংদৌম্বিবু তম্লক্লে য়ৌরক্লনি অঙম্বা
শাবাউ লাল্লাউ তাজবে—।

অঙম্বা— থিল্লে 'হুদি হুকিমক মীতৈ ঐখোয়ল াল্লোইশিং
ফ্রং লমঙম তেনগুম্বা অথৌ লাঙ্গোম্বা পুম্নমক
চুঙগা চুঙগা চগ্রিক থাঙগা থাঙগা থংনন
তাগা তাগা তক্লন থাঙহায় শোযননবা
মিকুপ নাহুম য়েংহুনা শহু য়াঙ্গেল্লক্ত থুপ

অঙম্বা— হুয়েন লাল্লুম্নরুবো [ময়াম লাল লুম্বা]

লাম্লিংবা— ঙয়ুম লাল্লোই পুম্নমক লংমাই 'মতা ঙসিদি
মোংবা মরান থাররোই ঙম্না য়াইবী লৌরসি
চেকশিন্নু চংলো চংলু।

[লালোই থর লুমহুনা লৈরি, ঙৈহাক্কী
মঙ্গুংদা শেলোই লংমাই পুম্নমক
হাওকপ চীংখাং লান্দারুবগী মাই
পাক্লকপগী হরাও ফোংদোক্লুনা লাও
খোঙহুনা লাকই]

শেলোই অমনা ঙসাই কদেম শোইশেম্বনা অশিবা শা-
শিন্নহুনা লৈহৌবা মফম অহুদা কোইথি থি। ইরাং-
লাংনৈ। তাঞ্জা অসিদা মীতৈ লালোই পুম্নমক্না হোৎ-
চিল্লক্লুনা শেলোই লংমাইশিংহুগী য়াইবী লোবা হৌরকই।
থরনা নাম্থোক্লুনা চেনখ্রে। অয়াম্বনা শিহুনা ফম্বাক
মথক্তা ফৌবোন তাবগুম পিক থন্না লৈরি।

অমনা— মীতৈ নিংথৌ উরা কোম্থোবনা

ময়াম— লান ঙম্লে

অমনা— মীতৈ নিংথৌ উরা কোম্থোবনা

ময়াম— মাই পাক্লে, য়াইফরে।

মীতৈ লালোই অঙম-অথৌ পুম্নমক মরি-মরি থোকখি,
লানঙমগী লালাউ লাউরহুনা ফম্বাক অহু তপ্ন মমশিনখি।

Light Off.

# Act V.

পীতঙাগী মরানয়াই                                   হুমিদাং

[ হুমিদাংগী চয়া তম্লবা হোৎনবি। নোংমাইজিং থেলদা
লৈবা তরেৎশুবা শতাব্দীদা লৈবা য়ুমগী মওংনি।—
নাউথিংখোং পামদগী হল্লকপগী অবা পোত্থানরী। ]

নাউথিংখোং— শানৌ ইনেম মচাও !
অসি কোয়ৌ হুমিত্তা খোয়েন মঙলানচাদবু
হিক-হিক লাওনা কপ্লকপা মঙ্গ্রেম হাগ্রেম্বথমা ?
পীতঙা— য়াইবী থবাই ওইরিবা ইমান মচা নহায়না
অসি খোয়েন মঙলান্দা মঙাল লমদম অমদা
চংলিবলি হায়হুনা তাওথৈ হুঙাই ঈচেলদা
অহুবুন্নে হুংশিবা... ... ... [ হুংঙাইতবা ]
নাউথিংখোং— অহুবু— মথাদি ?
পীতঙা— মীতৈ লালোই ময়াম্মা থঙলেন নঙদি ফ গ্রেদো
লিক্লাই নিংথৌ ওইনবা লৈকোই ময়াই ফম্নবা।
নাউথিংখোং— [ নোক্লহনা ] বাঙলেন অহু মকুদা
নমান মচা ঐহাক্না শানৌ নঙবু চিংহুনা
লৈমরেল ফমথোন হাপকনি, পুখিদবরনে ?
পীতঙা— তাওথখি ঐদি ঈচেলদা অহুম লেপ্তুনা অহুম

পীতঙ'— (নাউথিংখোংগী মণা নপশিন্দুনা হিক-হিক কপ্পা)
নঙবু চিংগে তৌবদা লাম্বা ফংদনা লৈহৌই
থুংলাম তোয়না কৌথিবা তাবা কৌবা মরৈত্রে।

নাউথিংখোং— খোম্লেন মঙলান চাগবু তাইবং' পাবা য়াবরা?
[ মমাই নিংথিনা নানবী, মপী তৈথোকপী ]

পীতঙা— চন্না চিন্দম্মুরসি।

নাউথিংখোং— খোম্লেন তুমথুন তাল্লুসি।
[ মরেংবান কোনশিন্দুনা চংমিন্নখি, তাঙ্গা অসিদা
পীতঙাগী মপা বামৈ লাম্বাবা ১সুং শেলোই লংমাইগী
লালহৌবশিংনা পীতঙাগী য়ুম পুমকোয় কোয়শিনখি
ময়াম চংলকপগী খোঞ্জেল।]

অয়াঙবা— নিংথৌ, শেলোই ঙম্নমক মাইথিরে অহুতৈ
কৌবা ঈরোং লমদমদা শেলোই লানয়াম পুম্নবু
অরোন থৌরাং তৌত্নুনা হাংথিবগী লমন্দি… …।

২বা মী— শেলোই চম্নু পীতঙা লিক্লু কাদ হুয়িনবা
শিংগনি, মতিক থোকপা, মৈদিংঙুচাই মথক্ত।

লাম্বাবা— তুবী করি খোয়নোদ পাইম পুক্লিং লিরৌই
তুবী উরাকোম্থৌবা লাইরেল মাগী মশুংলাং
মপাল মাগী মরমগী মপারিদ তাইনবা
অঙম অঙম লুরেল লৌ থৌনা ফবৈ লিচংলা?

অয়াওবা— লমন শিংলসে নিংথৌ— শেলোই লংমাই ঐথোয়গী

অয়াওবা— শেলোই মীয়াম হাংথিবা করি মরাল লৈবগী ?

লাম্বাবা— থিঙেন তাইন ঙমদ্রগা নাশিখোংদ তাইনবা
মঙাই মশল খঙদবা— মরি মতা থিদবা
অতোনবগী শাজংনি তাইবং লিচং নত্তেদো।

২বা মী— শেলোই লংমাই পূম্বগী পারি মমোম শেংনবা
অশি অনা পূম্বগী মীকপখোলনা বাংপরা ?
নমাল ইঙো নাউথিংখোং মীতৈ মচা লমকেংপৈ
মীমুংশিনা কনবরা ? শেলোই নরোই ননাওগী
অশি মীকপ খোলসিদি লৈরাং অতিঙা তারব্রা ?

লাম্বাবা— ঐদি করি য়াওররোই নখোয় খোকপা শিঙ্লোরো।
ময়াম পূন্নমক লমন শিংনিংবগী
বাথলনা লাংবা হেল্লকই— পীতঙাগী
খোং থিনবা হৌরকই— মীয়াম
পূন্নমক পূন্নাং লাংনৈ।

১বা মী— লংমাই পীতঙা লৌথিবী— নরানয়াইদা মুয়িনবা
ননেম মীতৈ মচাদো ইম্থোরকউ ঙসিমক্
তাংজ লুরেল লৌহ্না শেলোই লালোই লংমাইশিং
ঈরোং থোংদ, ঈখোং চেনবগী লমন শিংলসি॥

২বা মী— অচেংবদি ঙাইরকপা অসি খুদোং ফংলেদো
করি ঐখোয় কাওগনি ঈগী লমন ঈনা শিং
ননেম মচা মুংশিবদো ঙসি লুখা থানসি।

মীয়াম পূন্না— অসি কোয়ৌ নোংসিদ লংমাই ঐখোয় য়েক্কবা
শেলোই ঐখোয় ইঙমশা কদায় পিরো তাক্লোনে
শমু মাগী মহৃকচাং মচেৎ মচেৎ খায়দোক্কে
মীয়াম পূন্বা য়েন্নগে পেন্নি অহুম তৌরদি।

অয়াওবা— ইমোম নোংবাল্লোন পীতঙা লীক্লু লৌখিবীও
লংমাই তিংমা থ্রিমকাবা ইমোম কাদ হুয়িনবা
লাইরেল মৈদিংঙু, উরা কোম্থৌবা মগুংলাংবু
লৈন শিংগে পুখোয়কউ— মপারি নাউখিংখোং
[ খোং-থিনবা, লাও খোংবা অসিদা
তাবা ঙমদহুনা চেম্থোয়কই। ]

পীতঙা— (মশম মনা ইফা কানা শুকথনা থোয়কই)
শেলোই লংমাই অয়াওবা ইহ্র ইপা ঙম্নমক
নমোম ওইবী ঐহাক্কী য়ুম্নেন শাইগং কোয়ববু
করি য়াবা অহকপা চীঙ্গোইবীগে হায়বগে?

২ন্বা মী— তুবী 'কাদ হুয়িনবা ননেম মচা নাউখিংখোং
অসি কোয়ৌ নোংসিদ তাংজ লুরেল লৌহ্রনা
শেগোই লংমাই লাম্মীবু মীতৈ লাম্মী পূম্বনা
হাংখিবৈ মতিক থোকপা লমম শিংলগে ইমোম
[ ইমুংদা চংগে তৌই, খামই ]

পীতঙা— করি মতৌ কৌবগে, শেলোই ইবুং ঙম্নমক্
ঙৈহাক পুঙ্গোই 'মত্তদি' তপথবিয়ু কৈদৌবগে?

১বা মী— অসি কোরৌ নোংসিদ শেলোই লাম্মী পূম্ববু
তুবী মানা লুমদুনা কোংবা ঈরোং খোংদবু
মরাল লৈত শেলোইশিং ঈগী ঈখোং চেলহনবা
মপল নৌনা শেংনহন 'পারি মমোম কায়নহন
পিতৎ-পাতৎ ওইখিবা মনেম মচা কায়নবৈ
লুপ্রা শিংদা চলহনবা, পুন্নমক্কী লমনদি
মৈদিংঙু চাই লুরেল লৌ, ঈগী লমন শিংলসি॥

২বা মী— শম্লাং হাবুল ফাহুনা—
তোংদম ঙকশম মতা ক কবাক থাংন নারসি
তাদোন মচু শংনসি থাংদোন মচু লাংনসি!

পীতঙা— করি মতৌ কৌবগে, শেলোই ইবুং ঙন্নমক
থিঙেল তাইন ঙমদ্রগা নাশিংখোংদ তাইনব।

অয়াওবা— তুমিন লৈয়ু শেলোইচা করি খঙনি নঙহাক্লা
লমন্ শিংবৈ লমচৎনি মপল হাক্তক ঙমদ্রগা
মচা হাক্তক শিংগনি, মচা হাক্তক ঙমদ্রগা
মশু হাক্তক শিংগনি করি য়েংলি নখোয়বু
হাউনা পরৈ তুংবুল্লু মীতৈ মরৌ লৈবনি
করিগুম্বা চেনগ্রব্দি অরেম্বদা তোকহৌনি॥

পীতঙা— পম্থখিয়ু পুঙ্গোইমুক
পীগী পীথাং পীতঙানা পাম্মুববু পাউমেন্না
পূক্লিং পূম্বা পোম্থানা পীগী পীরোই পীথৈগে।

অয়াওবা— করি য়াবা করস্বা?
পাউমেম্নগেরা পীতঙা পাউমেনজৌ পামজন।

পীতঙা— থবাই মীরেল মুংশিবা শিঙেল করম শেংনৌগে
লৈরাং লৈহি লৈথোংথন লৈরাং করম মনশিবা?
মুংশি শাইগং মকা থুপ য়ুম্নেপ চার তমৈঙেদৈ
নমোম লিক্লু ইকাদ পারি অমা শাত্তরি
ইমোম তম্ফা বাঙম্নু ফুইনত্রীবী ঐহাক্নি।

১বা মী— শাওরিঙৈদ শেলোইশা শমু শম্লাং শমফোয়না
লুরেল লুজাও লৌছনা লুগী লুখা থারসি।

২বা মী— মরাল লৈত হাংখিবা, কাওবা চুমদে ঐখোয়না?

পীতঙা— পাইম পরৈ হনবীয়ু
শেলোই অথৌ' ঈপাচা নমোম ওইবী ঐহাক্তী
হাউসি খুদোপ মল্লাইবী হাউমন লাংনা কেমবাইবী
তাউজিং চাদ য়াকুম্বী লোক্লৌ তবোক কায়গুম্বী
লংমাই চম্নু ওইবীনা, য়াবা অনি মরিদা
ঈপল কাদ থৌনিগে হোয়াবিয়ু ঈপলশিং।

১বা মী— ঙম্লোই, পীতঙা ঙম্লোই পিরি নঙনা শাইদাংফম
ত লিংলৌ মচাগী পুকচেল পুক্লিং তেংনা
হাংলি অমরোমদনা শেলোই লালোই ঙম্নমক
হৌনশারা লিচংশি মীওইবগী থল্লুদো।

[ পীতঙানা হায়জবা অহু য়াবীদনা
মখোয় ময়াম কাওথোক্তুনা চংকে তৌবা ]

পীতঙা— শেলোই চাদি ঈপলশিং নমোম ঐগী বাকৎখোল
য়াবা অসি মক্তবু চানবীরোইদ্রা তাকপিয়ু।
নমোম লংমাই চন্নুগী য়াবা শুজা নমদরি
তিকতা লাকোই থুংদরি নমোম' থোজানবিয়ুনে।

১বা মী— কয়ে হায়রো তারসি করি করম য়াবানো?
য়ানিং য়ার য়ারগে য়ানিংদ্র' য়াররোই
তুবী মাগী থবাইবু কল্লু অমুক হায়গন্নু।

পীতঙা— মৈদিংঙুচা ইথংলেন লংমাই তেংনা য়িমকাবা
পুন্সি পন্থুং তানগে থন পাইম নুংদ থনবনা
অপাম নুংশি বাইথুংন নুংশি থোঙদিনমিন্নরুই
অসি কৌবা নোংজাদ শেংনরমদাই মীৎকুপ্ত
লংমাই পানফুক নিংপাকপী বালোংনুংদ ফুত্তুন
তরা চকমোম হুকমিন্না চরৈ মচেং থায়মিন্ন
য়াবা অনি মরিনা পুন্সি বাথৈনজগে
বাংলেন অদু ফাওবদি বাংলৈ অথুম থক্তুনা
বাংলেন মিকুপ অমত্তা ভাইবিয়ুনে ঈপলশিং।

ময়াম— [ অমগা অমগা ওনশিন্নহুনা ]
বাংলৈ অথুম অহাওবা থকসি থকসি হাওনিদ।

[ পুন্নাং লাংলৈ ময়াম ]

২বা মী— পুথোরক্লো থক্লসি নঙগী বাংলৈ অথুম্বা
থক্লং কয়া লৈবনো ঐথোয় পুম্বা চিংলসি।

অয়াওবা— মুঙাই মরাং হৌরনি বাংলৈ অথুম থক্তুনা
মৈদিংঙুচাই লুরেল জৌ ঈপা-ঈচা শিখিবৈ
লাম্ন থোৱম পাংথোকসি অসি মীংচং তান্দুনা
কদাই পিরো থক্লগে ইচন 'বেম্মা পীতঙা।
[ পীতঙা য়ু লৌবা চংখি ]
১বা মী— কায়নরমদাই বাংলেন্দ পাউমেন্নিংবা বাপা লাক
শিরমদাইগী মীংকুপ্তা মুংশিবদি থোইন হেন।
[ নোকথোকপা ]
অয়াওবা— পিগী পিরোই পিথৈন বাগী বারোই বাথৈন
থঙলেন হায়না বাগৌবা মুংশি হায়না শেংনবা
তাইবং হৌন লোনচংনি মনিং তমজহৌসম্ন।
[ য়ু পুথোক্তুনা পি, হরাওনা থক্লে ]
পীতঙা— শেলোই ইবুং-ইপ্বাশিং বাংলৈ অথুম-অহাওবা
থক্লং সিমা থকপিরো, অমুক পুথোরকখিগে।
[ পীতঙা চংখিবা ]
২বা মী— পাল ফুংপা হৌরুরো
থুংনা য়াংনা ফুংলুকো মৈথৌ কম্না য়াংঙুকো
চরা চীন্দম্নজহৌ পুংবা কায়নভ্রিইঙদ।
১বা মী— কুইরে চীন্দয়ক্তবা হাওই থুমই বাংলৈসি
চীংঙু চিংসি পেম্না থরু অসি কোক্‌কোরুা।
[ তুম্বী অদুনা কম্লগা হৈরগা
পংথক্ত থক্লে, থর-থর ডাওনরক্‌ই ]

২বা মী— পামবু য়ানবা হল্লকপ' মমা ওইবী মহাক্কা
শেন্দ্রাং মেৎপা চামিন্ন থকমিন্নবা হাওইদঃ
১বা মী— মুপী মানা হৈরগা মুপা ঐনা থকপদো
অব্বা পূম্বা কাওবনি, মুঙাইবনি হাওবনি ।
অয়াওবা— মুঙাইরে, হয়াওরে চোংলসি ঐখোয় ঙম্নমক
ৱাংলৈ অথুম থক্তুনা শাম পাঙ্গল হাপ্তুন
য়েক্ক তাংজ লুরেল লো' থল্লুবদা মুংঙাইদ।
[ অমনা খুবাক খুত্নুনা তাল থাই, ঈশৈ ঙংবা ]
পাম্বু য়াম্বা হল্লকপদা কম্বীদা শেন্দ্রাং মেৎলগা
তং তংত্নুনা চারগা ৱাংলৈ অথুম থকপদো
হাওবনিদ মুংশিবী মমা ওইবী মুংশিবী
থকমিন্নসি লাকওনে ।
[ ময়াম পুম্নমক পুমঙাও ঙাও পুম্লাং লাংনৈ, জগোই শাই,
চোংই ঙৈহাক লৈরগা ১গী মথক্ত অমনা তুথনরকই ]
[ তাঙ্গা অসিদা ফক্লাং হোগাইত্নুনা
চেনখিনবা ৱাতানবা, থোরাং তৌবা ]
পীতঙা— মোম্নু লাইবক থিবদি ঙসি কৌবা নোংদগী
থঙলেন নঙবু শেৎনৌ হায়' থয়ুম মানা তমগ্রবোই
কোরৌ থাবুম কয়া লান করি নোংদ থেংনগনি
খুৎ থেক্তুনা ঙাইবদা য়াচু লাংবা হানবরা
ঙাইওমদনা ঙাইবদা কমলাক কুরু শুংবরা ?

পীতঙা— মাঙ্গ নঙগী থৌজালনি মুরা লাইথক থিবিদি

[ মুঙাইতনা কপ্পগী মওং ]

নাউথিংখোং— নোংবাল্লোন্দি পীতঙা মুরা ইনেম মচাও

পিরেম মরাং হৌরম্মু কৈদৌবগে মুংশিবী

থল্লু লম্মুক্কবনি মুংশি লমথাই অমদা॥

পীতঙা— পম্থবিম্মু মুংশিবা ফক্লাং লোঞ্জা মতাই কাং

য়িমলেন শাইগং পোন্ন লিং

শেলোই চীংশাং লানথরো

বাঙলেন থিম্থরবদি য়াইবী তেমশিংনখিনি !

নাউথিং— পিখি চংফম অহুঙৈ মুংশি শাইগাং নাক্ত

লম্মাংনর চেক্লা চা তুবী চাদি ঐহাকপু

নূরা নঙবু হুন্দোক্লম করম ইখোঙ থাংখিনি

পূন্না খোঙশানমিন্নসি শিরে পূন্না শিমিন্ন

চংলে পূন্না চংমিন্ন তুবী হৈনা তুংইল্লু।

পীতঙা— হিক্তোকপদি নংচদে থম্থবিয়ু অমুক্ত

শেলোই চীংশাং নাপোম লান থেল 'মম্থ য়োত্রিঙৈ

তাল্লক্তুনা ফাগ্রবা করি ওইনি ঐখোয়গী ?

নাউথিং— মাইরোং য়াগে থাবাক লোং মুংশি নঙগী মুংশিলাং

অয়ম্বদি মচাগুম করিগীদি চেল্লুনি।

পীতঙা— (থামহুনা) করিগুম্বা ননাওনা লৈহৌ মতাং থোক্লদি

তুবী নঙনা চেনখিঙৈ ওংলৈ পাংলৈ থুমহুনা

বাংলৈ থুম্বা হৈহুনা লমদম তাম্বা য়াখিনি।

নাউথিং— শেলোই লংমাই পুম্বনা লুরেল লুখা থাগ্র থা
ঐনা ঙম্বা মতাং থোক য়াইবী পুম্বা লৌর লৌ
লাইরেল মতিক ঙাক্লমগে চেনফদেদো মুংশিবী।

১বা মী— ( ঙাওনা-ঙাওনা ঙাংলকই )
পাল ফুৎপা মুনথ্রিবরা ? ঈশিং চংবা ঙাক্করা ?
লোইরো ইমোম লোইরো— তরা চিন্দম্নহৌরো।

পীতঙা— মুন্দোরে ইবুং 'থৌবা তাংখুল পাল নিংপাকপীনি (খুম্বা)
[ নাউথিংথোংদা ওনশিন্দুনা ]
অশাও পরৈ কাংবিম্নু শেলোই লংমাই পুম্বসি
লিক্লাই উরা কোস্থৌবি পাম্বোম মখা থাবনি
তুবী নঙগী নঙালদা হিংঙ্গনিংবা ননাওনি

নাউথিং— পোইরৈ লমদম অসিদা করম নদোম লৈহৌবা ?
ইদোম করম হনসিবা তাংজ ফিরুক থুম্ননি।

পীতঙা— পোইরৈ নপল লমহুদ হম্ন বাইথুংবিরুম্নু
ঈপল চৈরাক কনবগী চৈরাক চৈথেং ফংগনি
নোংয়াই পুমন নিংথৌদি অদোন পুন্সি য়ুম্মোইবা
নোংয়াই কাদ য়ুমগারু' পাউমেন্নহৌজগেনে !

নাউথিং— মুংশি য়াবা ইন্দুনা য়ুমগারুনি নোংয়াই কা
অদোন পুন্সি য়ুম্মোইবা নোংয়াই কাদ চাকতাংগে
বাংলেন মিৎকুপ 'সিমনা অরোইবনি ঐথোয়গী
অহুঙৈ তুবী ঐনা কংলা ফম্বাল কাথ্রিফাও।

পীতঙা— লাইরেল কোরৌ ঈনিংথৌ নশানৌ ৱাবু তাবীয়ো
হয়েং তুবী নঙনা কংলা ফম্বাল তোংলমদাই
শেলোই চম্লু পীতঙা য়োইয়মাই থুয়া খান্দুদ
চংজরকপা মতমদা লাইরেল পূক্লিং কাওবিম্লু।

[অসি হায়না ফুরিৎ কুদাম পানশিনবী, ফি ইনশিনবী, শলাই কোয়য়েৎ য়েৎশিনবী মবুঙোবু পেম্ন য়েংজৈ, হিক্ল-হিক্ল কপ্পা থাংই]

নাউথিং— তুবী লাইরেল মচানি পূক্লিং করি ৱাকাউনি
তুবী ঐনা লাইবক ফ কংলা ময়াই ফম্লবা
লিক্লাই নিংথৌ ওইরবা শানৌ পীতঙা ওইবীদি
নিংথৌ ওইরম ফমদুনা লৈমরেল ফমথোল হাপনি
লাইরেল ননেম মচানা করি মুংদা কাওরোইদো
ফুংলি থৌদু মুংশিনা অকাউ পরৈ থোক্লসি॥

[ৱারী শানা শানা ফক্লাং হোগাই পয়া থোকই]

পীতঙা— তুবী ইনেম মচানা কংলা ফম্বাল কারমদাই
মোম্লু লাইবক চাওবী 'মা তুবী নগুংলাং'দমক
শেলোই লংমাই চীংয়াংদ মপাং মাত ঙাইদুনা
পোইরৈ 'তাম্বা য়েংদুনা লৈহৌই হায়সিদদি
পাইম মুংদ কাওবীম্লু, তোয়না হঙৎচহৌগে।

নাউথিং— করি নোংদ কাওরোইদো কোরৌ নোংনা থংসম্লু
করি হায়না হায়সিবা নুরা ইনেম মচাও

নাউথিং— খোঙফম অমা ফুক্কে খন চেংলৌ শক্লা মখাম্মী
করম নুরা কায়নবা পূক্লিং মানা মকপ্পী।

পীতঙা— ঙসি কৌবা ইন্নুংশোয় নুংশি কৈদ কাওগ্রবা
পুন্সি খোঙচৎ 'সিমগী অরোইবনি থঙ্গগে।
চয়োম 'সিমা পাইবিখো পুন্সি চেংজেল ওইবীখো॥

[ মপি ইরা চেল্লি, চয়োম পি ]

নাউথিং— করি পিরেম মরাং হৌ নুঙাইতবা উৎলিবা?
মীৎকুপ 'মত্তং কায়নবা থোইনা হেন্না নুংশিবা
তৎন-থান য়াদ্রবা খয়ুম নুংশি লৈপূন্নি।

[ চিংশিন্দুনা কোনশিনবী ]

শেলোই লালোই পূম্বনা হরাও মথোই কারিডৈ
য়ুগী মনম কোক্তিডৈ শেলোই চীংয়াং লানগ্রগে
লৈহৌরোকো নুংশিবী থরাইদগী হেল্লবী।

[ চিংনা-য়েংন কায়নখি, ঙৈহাক লৈরগা য়ু ঙাওরম্বা
পূম্নমক মরি-মরি হৌগত্তুনা লাও খোংলকই। ]

১বা মী— ইমোম চন্নু পীতঙা পাল ফুৎপা মুন্দ্রিবরা?

অয়াওবা— কুইমল্লেদ করিনো?— কনা লৈ— য়েংলুচো
অম্বুক কুইনা ফুৎপদি নুং ফাওবা মুল্লনি।
পুথোরকউ নাউথিংথোং— তুবী লাইরেল মচাহু
মীহাৎপুংদ পুরসি চিংথোরকউ শম্নাং ফোয়।

[ মী অমা ইমুং চংখিবা ]

বামৈ লাম্বাবা— (চংলকই, শাওনা) কদায় অয়াওবা? পিরো
তাংজ লুরেল কদাই, লুরেল লুখা থারগে।
অয়াওবা— পুথোরক্লনি ইনিংথৌ
[ ১/২ থোরক্ই, ১না অফুৎপা নূং য়াওবা পাত্র পুথোরকই ]
লাম্বাবা— কদায় নাউথিংথোংদি মীহাৎপুংদ পুত্রবরা?
পিরো নিংথৌ ঐঙোন্দা 'ককৃপা লালু চোনমাইদো
লৈবাক মীয়াম হাৎথিবৈ লমন অহু কোক্লবা॥
২বা মী— (শাওনা) তুবী নমাক ইবুংঙো চেনপ্রমাল্লে ইনিংথৌ
নাউথিংথোংদি লৈরমদ্রে ফক্লাং লোঞ্জা হোগাইনা
লম্লেন কৈদ চেনবনো শেলোই হুপ্না থিসিনা।
১বা মী— য়ুপিং মচিন চীংথোও বাংলৈ অথুম থকথোও।
২বা মী— (নূংনা শাবা পাল হৈদোরকই)
পাল কুইনা ফুৎলবদি থৌহু নূংবু ওল্লিনা।
লাম্বাবা— ইয়া লাকচৈদা—
শঙঙ্ হায়না থম্লগা থাদোকহনখিবসিদি
নখোয় থ্বাই পুম্বগী লালু চোনমাই লৌরগে
[ শাওনা, থাং শত্তুনা পুম্নমক তাম্নব হৌই কোইচেন চেম্লৈ ]
ময়াম— ইরাল লৈতে ঐখোয়গী নমোম লিক্লু লৌথিবী
মাগী খুজিন থৌরাংনি— য়াইবী লোবা তারসু
মাগী য়াইবী লোবীয়ু মানা শিম্বা ঙাক্তনি।
লাম্বাবা— কৌথোরকউ পীতঙা লমকেৎপিহু থঙগনি
( পীতঙা থোরকই )

অয়াওবা— নোংবাল চন্থু পীতঙা য়াবা ফিগৈ শেংউনে
তুবী লাইরেল ননেমচা লংমাই তেংনা য়িমকাবা
শেলোই পূস্থি য়েক্লবা মফম কৈদ লৈবনো
চরৈ থুপচানগনো য়াবা ফিগৈ শেংউনে।
তম্বা কনা কনা লৈ চীংয়াং লান্না চেনগ্রবা
তুবী লাইরেল মচাদি ফংননবা খিরুসি।
[ মনাইশিং থোকখি ]

পীতঙা— ঈপল শেলোই পুন্নমক কৰি য়াবা পাউথুম্নি
চীংশাং থোকলোয় হৌহনা থাঙলেন খেরাং মখোল থোক
তিমেন ঙানোয় চোংন লাও লাইরেল মানা তাখিডৈ
শেলোই পঙ্কোংনথিবা নমোম খঙজহৌদরে
পাঙ্গল শোনবী ওইবনা ফাজবস্থু ঙমজদে।

অয়াওবা— চান্নরিডৈ মতম্না শঙ্গোল শনগুম মতেবা
খায়নরমদাই মতম্না থরান ছুইগুম মঙাওবা
( নোকথোকপা )

লাম্থাবা— অচচাঃ লাকচৈ নাওথিংখোং অপংবৰু শিরম্লে।
শারেল পাম্বা থায়াক্তে য়ারৌ শজি চেনখরে
পাম্বা থুম্লাক তমগে নিং শমু পুজিন তুমজংলে।

অয়াওবা— খঙলে খঙলে লোয়নমক পাম্মু থবাই কন্নবা
ইমোম নঙবী থৌরাংসে শেলোই পূম্বা বারৌই

লাম্থাবা— শেলোই মীয়াম পূম্বনা তক্শি শোম্না খাংবগুম
তাইবং হয়েং কৰি নোং ইমোম চন্থু নহাক্না

লাম্বাবা— শানৌ ননেম হোংনেমগা ৱাইথুংনগে খনবদা
ইমোম লৌনম তৌবগী মতিক থোকপা ঝংসন্নু
শেলোই ঐখোয় লান্দ্রবা নুংশি ৱাইথুংগনো !

পীতঙা— অত্তুক হকপা য়াৱাবু নমোম কাদ তাকপিবা
নমোম পুন্সি খোঙচৎসি লম্মুক্রবা তারনি ॥

লাম্বাবা— পংইদকো ইমোম !
ইমোম নৱা ওইরিঙৈ নবুং-নৌপ্বা পুম্বগী
শেলোই পাঙ্গল পুম্বদা পলেম নমা লৈতঙৈ
চাওননবা য়োক্লগা— নুংশিবনা হেনগ্রবা ?
অপাম্বনা কনবনা শেলোইশিংদ তাংতৌবা
থৌহু নুংবু ফুৎলগা পালবু ফুৎলি মহায়বা
শেলোই থৱাই লিশিংদৈ নুংশি থৱাই অমনা
মমল হেল্লি নিংবগী মতিক থোকপা লমনদি
খয়ুম মানা পিসন্নু কোরৌ মানা খংসন্নু
[ ময়াম পুন্নমক শাওরংননা থিবা চেন্নখি ]

পীতঙা— থোয়না হেন্না চেৎনবা পয়া পরৈ লাক্লগা
পরৈ লাকপা হেনবনা কিসি তৎপা তারব্রা ?
খয়ুম ওইবা মহাক্না করি হায়না তমগবা ?

INTERVAL·

## Act VI.

নুমিদাংবাই
খুমন নিংথৌ পুন্সি
য়াইমবগী মরানয়াই

[ খুমন নিংথৌগী মফমদা শাইদাংহুনা লৈরবা মতুংগী বানি। চৎলমদাই মতমদা খুদোলপোৎ তম্নকপা ফি অমস্তুং হাওরিক অহুদ মুন্না য়েংহুনা লৈরি ]

নাউথিং— [হুওাইতনা] নুংশি বাহৌ ওইরকপা হাওফিসিবু উরুদৈ
শরি বাশক ওইনবা হাওরিক সিবু য়েংলুদৈ
থুনিং মোইর্দোন কাংহুনা পোইরৈ তাম্না য়েংহৌবী
মিৎলু ইরা চেহ্লোবী মপাং কায়নহৌরবী
লংমাই চনু পীতঙা লাইজ কংল তুরেলগুম
নুংশি ঈচেল লেপ্পমনি— ওাইরমগনি 'মংবা নোং
লৈম ফমথোন পুহুনা— লাকদবা ঐহাকপু।
( নিংশিংলকপা = Flash back )

পীতঙা— লৈরাং লৈরিক লৈনস্থু কৈনা মহুৎ শিনগনি

নাউথিং— কৈনা মহুৎ শিনগনি লৈনমগীদি লৈনম্না—

পীতঙা— লৈরাং লৈনম কোকপ্রবা, উনথাক নংল' থম্বালগী
কেল্ল লৈনা য়েংহুনা, লৈরাং লৈকা খুদিংদ

পীতঙা— কাওদ' লৈনম চেল্লখোই নিংশিংবীবা য়ানবা
শরি পন্দোল লোম্নগৈ চম্ল হাওরিক সিমনা
মাঙ্গ ঙক্ক থোনবীয়ু। মোম্নু লাইবক থীবীগী
চেংলৌ শরু তামগ্রস্থ নিংশিংনবা থম্মোইদা।
নাউথিং— মুংশি ওইবা মকাদৈ চেংলৌ শরু৷ তাম্লগা
থম্মোই মুংগী কিশিদি থোইন হেন্ন লাকশিল্লি
পীতঙা— মাঙ্গ নঙবু খোয়দাগৈ শকথংনবা মুমিত্তে
মাঙ্গ মুংশি বারীনা লংলা লংজা কয়া ওই
পাম্মু বাথল থল্লগা তেমথেং পিনা শাখিবা
চীংগী হাওফি 'সিমনা মুংশিমলগী থুদোলপোৎ
খোঙা সিমা তমজরি— মুংশি বাহৌ থুদোলপোৎ
নাউথিং— পূম্নমক্কী লমনবু কোকপা ঙম্নি কৈদৌগৈ
পীতঙা— শাইদাংজবা মচৎনা লেংদ মউ তমজবা
নূরা ওইবীশিংগীনা পাথং মাবু লাৎচবা
ইনাক্কৎখু লৈবীয়ু পাইম পূক্লিং পেন্নবা ॥

মথা চথরকপা

নাউথিং— মরৌ লৈবা মীনোক্ত ওইনজবা কয়াম
ওইনজবা বাঙাংদ তাৎতৌবনা কোঙ্গাই'
তাৎতৌবৈ তাল্লক্কা থম্মোই নিঙাই হৌরকপা
নিঙাই তৌর-তৌরগা কাওঙমদবা হেল্লকই
কাওঙমদবা কয়াদৈ মুংশি মরা তাখিদো

নাউথিং— পুন্নমক্তু নিংশিংলু— মিৎলু ঈন্না পারকই
তলা অমৈ চেক্লাগুম লৈথোক অমৈ লৈরাংগুম
পুংবা য়াইরেকমিন্নবা লৈরাং নাইতোম তাহৌরো।
নুরা ওইবী চেংলৌগা নুংশি শক্বা তান্নবা
কুমজা কুমওন য়ান্নক্লে মুংশি কম্ লৈরমগবা ?
[ খয়োয়রোল কৈরুংহাংবী চংশিল্লক্কুন্না তাই ]
খয়োয়রোল— মোন্নু মুজাই ললওইবা শাবী ইনেম মচানা
পাইম পুক্লিং পুঙমদ থম্মোই মুংওলবিবনু
মুংশি কনাই য়াখলদা থম্মোই লিঙাই হৌবনো ?
নাউথিং— নূরাই য়াবা তাবদা মিৎলু লাইজ ইথৎলি
পীতঙাবু নিংশিংলু থম্মোই নৌনা মপেৎলি
গুংদ মওল মওল খল তান্ন তান্ন তোইরকই
শাবী হায়না য়াহৌবা নুরা করি য়াবানো ?
খয়োয়— ইচেম মাগী মপান্না মাঙ্গ নঙগ য়াইথুংন
কুমজা কুমওল খরদং থঙলেন কাদ য়েৎচবা
পামেল ওইবা মকাদা নকপা উরি কয়ানা
মদোম য়েৎচরকপবু মরাল ওইফম থোকপরা ?
পাইম পুক্লিং খঙদবা থুরৌ থাংবা থোকপরা ?
নাউথিং— লম্বেল লমখাই অমদৈ খোঙবু ওইমিন্নররে
কয়াম য়াংলি ঐখোয়গী পন্থুং অদু য়োঁদোবা ?
খয়োয়— মপোক লাংওল কয়াগী লমন তোনবী ওইবীনা

খয়োয়— হন্দক মপোক লাংওন্দ লমন শিংবা শকচগে
হয়েং কংলৈ শুমতোংপান ফলাং মৈদ তোংবনোং
শেলোই লংমাই পীতঙা ইচেম লাইবক চাওবীনা
তুবী ওইরম ফংহুনা মীতৈ লৈম ওইসনু।
অদুবু··· ··· ··· ··· ?

নাউথিং— মথা তাওনে মুংশিবী—

খয়োয়— থমুং শাবা তান্দ্রিফাও থবাই ওইনা থমজবা
লংমাই 'চেমগী খুদোলপোং থারোই হায়না থনবরা?
থমগে ননাও ওইবীনা চরৈ তাবু মনুংদ
মুংশিবগী খোঙাদা চেৎন-চান্না মাংহন্দ।

নাউথিং— চীংগী হাওরিক 'সিমনা মুংশি শৈহৌ খোঙাদি
পুন্সি চেংজেল লোইদ্রিফাও থাদোকপদি লৈররোই
লংমাই পীতঙানবু মুংশি থবাই কনৈদ
অরোইব' খোঙা তম্নকপা পুন্সি লৈপূন হাওফিনি।

খয়োয়— মুজা ঐগী খোঙাদি— লৎনবিত্রা থঙজদে

নাউথিং— করিগীদি লৎননি— পুমন চনু মুংশিবী

খয়োয়— লোইদাম কুমশিং কয়া চং মুংশি তেমথেং পিহুন
লংজা খুদিংমক্তবু মুংশি বারী লিহুনা
তেমগী তেমথেং খুদিংগী মুংশি থবাই হাপ্পুনা
শাজখিবা খুদোল ফি খুদোল'সিম তমজগে
ইচেম পীতঙা ওইবীগী অরোই খোঙা মহুৎশিন
থুমন চনু ঐগীনা মুংশি শৈহৌ ওইবীয়ু॥

নাউথিং— মুজা ওইবী নকাদ চংজফম্বু পিত্থনা
পুন্সি লমশাং অসিদা অবা শব্বক য়ারিবী
মুংশিবগী লমন্দি করিনবু শিংগনি ?
তাওথরকপা ঈচেলদা মুংশি কৌশিং ওইরিবী
কায়নবগী তোরৈদ উঙাম মশক ওইরিবী
নুরা নঙবু ফংজবা থয়ুম মাগী থোজালনি।
থয়োয়— চীরু ইদোম ফম্বদি মুংশি বাখল তোইবনি
পুন্সি থোনা হেল্লগা মুংশি মাবু কাওথিনি॥
হয়েং কৌবা নোঙ্গাশোই থঙলেন নঙগা লেম্লজ
চীংঙু বাখোং শেংবগী অহোং কুম্মৈ য়েংলুসি।
নাউথিং— শানৌ নঙগী নফমদা করি হায়না হায়সিবা ?
( মুংঙাইতবা )
থয়োয়— (ওইননা) থঞ্জমলন হেন্বনি, নিংবিবনা বাংপনি
হোৗম্র বাগীদমক্ত থম্মোই মন্নু কৈদৌনি ?
মুংশিবীদ্রে ইন্নাইবক থয়ুম মানা তম্বনি।
নাউথিং— তুবী ইশুংলাংগীদমক্ত শেলোই চন্নু পীতঙা
নোক্ল মীচৈ অহকপা পুঙমদনা য়ালম্নি।
নোক্ল মীনোক থাংহ্না থম্মোই পোম্থা ওইহৌবী
পীতঙাবু উবদা খাশিংনরমগনিদো
মাগী মমিং পন্দুনা থোঙনেংনরমগনিদো
শেলোই ঙম্না হুপ্পুনা ইন্থোকপিরমগনিদো

নাউথিং— নুবা মাগী থম্বদা হেদো তেন্নাও য়াওনিংদে।

খয়োয়— মুংশি ঈথৌ লাংবগী ঈন্নিক অমা পিহুনা
মৈশা কোকপা ঙমদ্রবা— করি কাম্নৈ ঐহাক্তী
লৈনম কম্বা উবিগী থুংকম নাইনা য়েংপন।
নৌনা য়েংপা উন্নিনা মমি মুংপা ঙমদ্রবা
নিংজবনা বাংলবা নুজা থম্মোই ওইরেদো॥

নাউথিং— করিগীদি বাংলুনি?

খয়োয়— কোবৌ মাবু ঙাইজবা লৈরাং থম্বাল ওইবীনা
মুংশি নঙগী য়াবাবু ঙাইজৈ মুজা থম্মোইদা।

নাউথিং— তকশিনবনা মহেল্লি থাঙম্বনা মবাংলি
মুংশি নঙগী লিচিংনা থম্মোই অসি ফাথরে
হয়েং কৌবা নোংদবু বাহোং কুমৈ চংসিঙাই॥

**Light Off.**

## Act VII.

নুংখিল　　　　　　　　　　　লমহাং খুয়োন বাহোংকম

[খুয়োন বাখোং শেংবগী কুমৈ তৌনবা হোংনরি। বাখোং শেংদোকপ্রবা বা ময়াম অতুনা পরেং কোল্লুপ কোল্লুপ লৈ। মোইরাং নিংথৌ সনা লাকখ্বা, মাগী তালোয়, অমস্তুং মচাশিং, খুমন নিংথৌ অদোন পুন্সি য়ুম্মোইবস্তু সনালাকখ্বা ফম্মীন্নতুনা লৈরি অদুগী মাংওইননা নাউ-থিংখোং অমস্তুং কৈরুংহাংবী নাকল অমদা ফম্লি।]

সনালাকখ্বা— অদোন পুন্সি য়ুমোইবা নোংয়াই হৈনা তুংইন্না
অদোন নামৈ বাইরকপা অদোন নয়েল কনানো?
নোংয়াই পাচা ওইবরা হায়য়ু তাসি কনানো?

পুন্সি য়ুম্মোইবা— ঙাঙোই সনা লাকখ্বাও নোংয়াই ইতুং ইন্দুনা
অদোন ইমৈ বাইবদি অতৈ কনা নত্তেদো
কংলৈ মপু মৈদিংঙু তুবী উরা কোম্থৌবৈ
শেলোই লংমাই য়ুমকাবা পারি হোংনেম খুঙ্গাওনি।

সনা— করি বাবু লৈবনা খুমন কাদ মুয়িনবা
নোংয়াই কাদ চাক্তাংবা তালোই খম্বল লৈবরা?

পুন্সি— কেগে নিংথৌ লৈমাবা ইনোংয়াই হোংনেম ’সিদি
লংমাই তেংনা য়ুমকানা শেলোই লমদা মুয়িল্লি।

সনা— শেলোই লমদা মুয়িনবা—
অদোন নামৈ বাইবদি করি মরম লৈবনো?

পুন্সি— তুবী লাইরেল ইনিংথৌ মীতৈ উরা কোম্থোবা
নাদ ঈথোং লাল্লুম্মা হাওকপ চীংশাং লান্দারু
হুম্বরকপা মতমদা শেলোই লংমাই পাকতক্লা
মাংহল্লুবৈ লমনদি মচা ইঙো হোংনেমদা
শেলোই পুম্বা হৌহুনা য়িমলেন শাইগং কোয়বদা
থৌহু মুংনা পালবু শা পীতঙানা থবাই কন
হোংনেম থবাই পুহুনা নোংয়ায় কাদ থুংলৈদো।
থুমন কাদ লৈরিঙৈ কেগে নঙগী নয়মদা
থুমন বাহোং কুমৈগী নোংয়াই ইতুং ইনবনি।
সনা— তরা লুকোই মথেলদি শারেল ঙারেল মহাও য়েং
নৌনা শকথংনবগী লুকলেন পামনা চারুসি॥
[ থুমন নিংথৌ, মোইরাংনিংথৌ, নাউথিংখোং মরি-মরি
চংনখি। তাঞ্জা অসিদা মনাই ১/২ থোরক্ত্রনা মুক্রা
শান্নবা, হরাওবা জগোই শাবনচিংবা কয়া তৌই—
অঙম্বনা মনা ফি পিবনচিংবা কয়া পাংথোকই নিংথৌনা ]
সনা— কৈরুংহাংবী ইমোমদি তুবী লাইরেল মৈদিংঙু (দা)
হোংনেম চাদি থুঞ্জাও কা কাউজহল্লবনিনা
তালোই তুইন তমহুনা লনকুবিরে ইনোংয়াই
পুন্সি— থুমন ই তন্ফাদি খয়োয়রোল কৈরুংহাংবীবু
ঙাঙোই নিংথৌ লৈমাবা, তালোয় ওইনা থাবিরে।
সনা— থুমন অদোন পুন্সিবা

সনা— ইমোম ঐগী ইবাংলোন লৈম নামন চাওবীসে
কাওজহনগে হায়ববু খুমন করি খনবগে ?
পুন্সি— ঙাঙোই নিংথৌ লৈমাবা মানা করি খল্লিবা
মাগী তালোই মরুপ্পী ওইয়ু হায়না য়াত্রগা ?
সনা— তুবী লাইরেল মৈদিংঙু পুকচেল চাউবা নিংথৌগী
পারি হোংনেম খুঙ্গাওনা করিগীদি য়াদবা ?
পুন্সি— ইমোম নামন চাওবীগী মপুক্লিংদি খঙত্রিদো ?
সনা— খুমন কাদ শাৎচবী অদোন লেম্বা চনুগা
খোয়মা অনি শুদনা লাংচেং অনি থোক্লদা
পলেম পিবুক অমগী মমোম অমৈ মতৌগুম
খোম্লাং অমৈ পিশিনগুম ঙারোইহনসি নিংথৌনা
[ হরাও-কুমৈ লোইখিবগী নেমথখি, সনালাকখ্বা অমসুং
খুমন নিংথৌ নাউথিংখোংগী নাক্তা চংশিল্লকই ]
তুবী লাইরেল মৈদিংঙু উরা কোন্থৌ' মপারি
পারি নওগী নফমদা কেগে মোইরাং নিংথৌগী
ইমোম ইবাংলোনদি লৈম নামন চাওবীসে
মরুম তালোয় ওইনবা তালোয় তুইন তমলনি।
পুন্সি— খয়ুম মানা শেল্লকপা লৈপুন পরৈ ঙাক্তনি
ইমোম ওইবী নচাক্লু পুক্লৌ খারৌফদেদো
উনবী অনি লিশিঙ্গা পাইম অনি লোন্দিম্ম
হরাও তয়াম পানমিম্মৌ পলেম অমৈ মমোমগুম

পুন্সি— চৎলো থৌরাং লোইরুরো কেগে মোইরাং পূন্নমক
লুহোং খোংদোং থৌরাং তৌ কাওজহনসি লৈমস্নু
ইমাক হোংনেম খুঞ্জাওস্নু কেগে মোইরাং নিংথৌগী
হায়দোকপ্রবা য়াবাবু হজিনফদে করি নোং।
[ ময়াম পূন্নমক হরাওনা পূন্নাং লাংলৈ ]

নাউথিং— ( কৈরুংহাংবীদা য়েংলগা )
খুমন চন্নু পুকফবী লৈম কৈরুংহাংবীও
ঈপল মাগী য়াবানে মোইরাং নিংথৌ য়াবানে
ঈচেল অনি ফাংলকপা করি থল্লি পাইমন্নুং ?
নোংথাং কুপ্নে পাউথুমদি থোংলক্লগা মথওঙি
খোঙলকপগী পাউথুম্না তারক্লগা মথওঙি।

থয়োয়— তলা পামেল অমদা উরিরৈ উথল কয়া
মথল-মথেল য়েংচবা পামেল করি কায়রোইনা
মিংকম হোংব য়াদনা থোইনা হেন্নত্রুম ফজনি।

নাউথিং— লৈম নওগী থম্মোইনা পাইম পিবুক কায়রবা
ঐনা থিংবা ঙমগনি ন্নুংশি নওগীদমক্ত।

থয়োয়— মপল মথৌ ওইবগী বারক-বাতেম ইন্দুনা
ন্নুংশি কাদ কাওজনবা তুবী তালোয় তুইন তম
ঙসি ফাওবা লৈজরি ন্নুংশি নতুং ইন্দুনা
পন্থৌ য়াকা য়েংহ্নুনা ন্নুংশি য়াবা ইন্দুনা
লৈম নামন চাওবীবু মরুপ তালোই ওইহ্নুনা

খয়োয়— মুংশি কাদ কাওজনবা ইনাও 'মগুম লোয়ননি
পলেম পিবুক অমত্তে মচা 'মগুম লৈজগে।

সনা— করি খল্লি মৈদিংঙু তুবী চাদি নাউথিংখোং
ইমোম ঐগী ইবাংলোন লৈম নামন চাওবীবু
তুবী কাদ কাওজন্বা ননিং থুংলয়োইদ্রনে ?
হায়দোকখরে ঐহাক্তী লৈবাক মীয়াম মমাংদ
লাইরেল বাম্ব হংহৌদে পিনিংবনা হানখরে
কেগে মোইরাম্বা চম্ব লাইরেল ননোংয়ায় কাদ
কাওজল্লনি ঙসিদি— চাম চাম খুজিং ওই
অওং-অউল তমত্নুনা তুবী মফমলাংদবু।

পুন্সি— ঙসি বাহোং কুমৈসে লুহোং কুমৈ তারেদে।
লাইরেল তালোয় অনিসে ঙসি কৌবা ইমুংশোয়
খুমন পুংদা য়াঙ্গোইনি নাউথিংখোংগী মনাক্ত॥

[ময়াম বা-বা নোক্তুনা হরাওনৈ]

নাউথিং— লাইবক থিবা মপোক্সি লাইবক থিদ ঐহাকসে
বাহোং কুমৈ লাকপদি লুহোং কুমৈ ওইরম্লে।
লাংমৈ মৈরম থিরুবা নামৈ বাইর হল্লক্লে
মৈমূংলুগে খল্লুবা মৈশা মৈচাক লাংলেদো
খুমন লৈম পুকফবী করি খল্লি থম্মোইমুং ?

খয়োয়— হঙ্গংচখরে ঐহাক্তী হম্ন-হম্না কয়ারক
সনাই তম্ফা মথক্ত কোঙ্গোল থিনবৈ মতৌগুম

খয়োয়— পামেল উকা তমজবী উরি লৈখল কয়ানা
মথল-মথেল য়েৎচবা পামেলময়াই হেনবনি ॥
পুন্সি— ইমোম মাগী থম্মোইদি মপল পূক্নিং থংবীনি।
নাউথিং— থবাই পানবা কয়াগী মুংশিবগী লমথৈদি
উরিরৈগী মচৎকা চাংদম্নবা য়াবরা ?
ঈরোং পুনবা ঈচেলগী ঈতিম্নফম লোনমবান
ঈনোৎ অহু পুঙমদ নোংম নিংখাইরক্কনি।
হুইগং অম্ফাও পুঙমদ হুইগং অহুম থাংবদি
ঙাওজরম্বা শনবোইদা নারেং কিশি হুৎলগা
পোৎপু নমদা থোংহুনা শাজৈ চৈথা পিবদি
মো খোংবা মহৌশানি— করি হৌন লিচৎনো ?
খয়োয়— মপল মথো ওইবগী রারক বাতেম ইন্দুনা
নঙাল লৈবা নহাক্কী নশেক নপাল তাংজৈদো।
উরুম পিবা নহাক্কী উথা মখোঙ চংজৈদো ॥
নাউথিং— থয়ুম মানা শেম্লকপা লৈপূন পরৈ ঙাক্কনি
কেগে মোইরাং নিংথৌগী লৈম নামন চাওবীগা
উনবী অনি লিতিম্না পাইম অনি লোন্দিম্ন
হরাও-তয়াম পানমিম্ন পলেম অমৈ মমোমগুম
খোম্নাং অমৈ পিশিনগুম ঙারোইনৌকো পুকফবী
সনা— হৌন-লোনচৎ খঙবদি তুবী লাইরেল মচৎনি
পূক্নিং পূম্বা পেম্নরে—মুঙাইবদি অসিঙাই ॥
[ ময়াম বা-বা নোকথোকই ]

**Light Off.**

# Act VIII.

কংলা　　　　　　　　　　　　　অয়্ক চাকচামাং

[ কংলৈ নিংথৌ উম্না কোম্থোবনা হেক লৈখিদবদগী কংলা মন্নুং অসি মীকপ মীরাওখোলনা পুমনিল নিল্লি। খয়োয়রোল নোংশেংগু ফক্ষমলাংদ মুগ্তাইতনা শুকথত্নুন লৈরি। পুপ্রম, নোংখোলনচিংবা কয়াম্নু করি হায-রক্কদগে হায়বগী মওংদা লৈনরি। মনাই মশল ১/১গা ইকোয় কোয়না থৌগল তৌত্নুনা লৈরি। শিল হেক হায়দোকখিবদা নিংথৌ লৈখিদবদগী কংলা পুংজাও থিম্বগী মখোল অমনা ফম্বাক অসি পুম্লিল নিল্লি। নিংথৌ লৈখিদবদগী কপ্প লাওনবগী মখোল— পুংখোল দোং— দোং দোং দোং দোং দোং ]

নোংখোল— কেগে লৈমরেল লুচিংবী য়োইময়াই ভাওদনবা
কোয়ৌ মানা তাপ্রগা ইম্নুং মানা শিনখিবা
নত্তম মাগী য়াওলবু তাইবং কনা থিংঙম্বা
পোইরৈ থুংনা খংনবা নিংথৌ পুন্সি বাখৈ বা
কংলা পুংজাও থিন্দুনা লৈবাক শিনবা থুংখরে।

নোংজেংগু— অবাবা হায় সিদবু অমংবা নোং মপৈনি
নোংলৈ মুংশিং য়াওরকপা মতোমত লাক্কবা—
পারি চীখোং য়াইমবা তুবী চাদি হোংনেম্নু

নোংজেংশু— কুমৈ কয়া কায়নবৈ থাম্বী মৈনা চুরিঙৈ
তুবী লাইরেল ইনিংথৌ থবাই অমা শেৎনঙৈ
ইকং খুবাম হুড়না থাম্বী মৈজাও চাকপগুম
থম্মোই অসে পুমচাক চাক থাম্বী মৈশা লাংলেদো
পাক্সি হোংনেম খুঞ্জাওনা লম্লেন কৈদ লৈবরা ?
ইদাই কনা থাখিবা করি পাও পুরক্লবা ?

পুশ্রম— লুবাং গুরু পুন্সিবা গুরু মাপী মনাক্ত
পূক্লিং লিচৎ অরুবা খুনাই শাজৎ অহেনবা
তাইবং লাইরোল নিংথিবা পাউতাক কয়া হ ড়ুনা
নিংথৌ থৌগাই পুবদা মতিক থোকপা ঙম্নবা
মৈদিংগুচা হোংনেম্না শেলোই পল্লিংখিড়ুনা
খুমন পুন্সি য়ুম্মোইবদৈ গুরু নাক্ত লৈক্লে ।

নোংজেংশু— তুবী লাইরেল ইনিংথৌ শমু হকচাং অহুদ
লাইরেল মশা বাইড়ুনা মালেম লৈরোল চন্দ্রিঙৈ
কংলা ফম্বাল অহাংবা কনা নহুৎ শিনগনি ?

মনাই— কংলৈ লৈম লুচিংবী পোইরৈ লমগী খুঞ্জাশিং
তুবী লাইরেল নোঙ্গাঙৈ পিরেম তরং হৌড়ুনা
নোঙ্গা থৌরম পাংনবা পোইরৈ মীয়াম থেনথরে
পোইরৈ তুবী ঈনিংথৌ পুনেমদগী ঙাইনরি ।

নোংথোল— ইদাই নঙদি অচানবা—
তুবী লাইরেল হোংনেমগী করি পাউবু লাক্লবা ?

মনাই— তাবিয়ুদো অঙম্বা
পাউথাং পুবা ননাইদি পাউগী খোঙ্গুল ফংদবি
মথং মথং থরম্নু মতুং মতুং ইন্নব্রি।
[ থুরুম্লগা থোকথিবা ]

পুশ্রম— হোংনেম মাবু কৈগুম্বা থিবা ফংদ থোক্লদি
কংলৈ লৈম হেনবীগী পারি শাংপা শিংদগী
মতিক চাবা পারি থন কংলৈ কংলা ফম্বালগী
থম্মোই মিংত ফম্নবা চংলম লুপতিন অরুবা
থোগাই অসি মেন্নবা থোরাং শিনফরোইদরা?
লৈমরেম্বী লুচিংবী নয়াথংবু তাকপিয়ু।

নোংথোল— অনি মরি থোক্লা থন লৈম বাথল তৌবীয়ু
তুবী হকচাং তুমদ্রিবঁৈ কংলা ফম্বাল মেন্নবা
পারম পুরম তুংইন্না চংলম লুপতিন কায়ফদ
হাংদফদ মেন্নবা থোরম করম শিনসিবা?

নোংজেংগু— কংলৈ ফম্বাল অসিগী ফম্বাল তোংঙু হায়বদি
তুবী লাইরেল মৈদিংঙু পারি হোংনেম নত্তনা
থয়ুম মাগী নোংদমথোল কনা তমদবনরা?
( মুঙাইতনা লুকথথিবা )

পুশ্রম— বাগী বাথা তাবিয়ু বারম পুম্বা তাজগে।

নোংজেংগু তুবী লাইরেল লৈতঙৈ ফম্বাল অসি হাংফদে
থঙন থঙন কনাদা ফম্বাল অসি ফংনবা

নোংজেংশু— মতিক চাবা মপারি হোংনেম নত্ত ওইদেদো।
নোংথোল— চিংন পরৈ থাংবিন্নু বারোল পূম্বা শেংবীয়ু
পুক্নিং লৌশিং ওইজগে ননাই ঈপু ঐথোয়দা।
নোংজেংশু— লাইরেল পারি থোম্মহন সনা মচি য়োইনাউহন
চেংলৌ মঙম শোয়বনা করম ফম্বাল লাংগনি?
ঈপারিদি য়োইচরোন শমু পাংশোইনীকৃইদা
পারি সনা থোমদোন পাইম মধুক কংইদা
পারি থোমদোন নবানা থম্মোই মিৎত ফম্ফদে।
মপল চৈরাক চৈথেংগী শেঙ্গোই লংমাই মুয়িনবা
পারি হোংনেম মাতদ ফম্বাল অসি তারেদো।
পুপ্রম— ঙাইসি তুবী লাইরেলচা
তুবী লাইরেল ইনিংথৌ তাইবং শিংশংথিবৈ
শিংথেক শিংথা লোইবগী লাম্না মথৌ পাংভ্রিবৈ
তুবী লাইরেল ইনিংথৌ শমু লৈতানভ্রিবৈ
পুনেমজহৌনবদি, পারি হোংনেম নহাক্স.।
মনাই ৩— (চংশিল্লক্ত্না খুরুম্মী, য়াম্না লাপ্পা মফমদগী
পাউ লাকপগী মঙংনি)
লৈমরেলবী লুচিংবী নদাই ঐনা পুনেমজৈ
কৈগুম্বা য়াবা ’মত্তং হঙ্গৎচগে তাবিয়ু।
নোংজেংশু— হায়য়ু ইদাই অচানবা পারি হোংনেম মপাওরা?
মনাই ২— লৈমরেম্বী তাবীয়ু—

মনাই ২— তুবী লাইরেল মৈদিংগু শেলোই লংমাই মুয়িনবা
মপারি হোংনেম য়োইথুঙাও মৈদিংগু নাউথিংখোং
লুবাং গুরু পুন্সিবা লুবাং মাগী লমদগী
লৈবাক থোংগাই পুনবা কংলৈ খোঙগুম্লকহৌরে
তম্না থুনা লাকপনা ঙম্না য়াংনা য়ৌরক্নি।

নোংজেংগু— কয়াম থুনা লাক্কনি পাউ পুম্বা তম্নরা?

মনাই ২— তুবী লাইরেল ইনিংথৌ
-তাইবং শিন্থা লোইহনা থম্মং শরা তানখিবৈ
অরা পাউবু তাবদা মপারিদি নাউথিংখোং
থিঙমহৌদ মৈচাক্লা পিগী চহুম চহুম শিন
মমিৎ-মমাই ইপোম পোম অরা পোৎলুম্নহৌই।

নোংজেংগু— (কপ্পুনা) পারি মানা লাক্লদি কংলা ফম্বাল হা লরোই
হম্লক্লনি নিংজবা পাইম রাখল চুমসম্মু।
পারি মাগী মনম্বু শমু নাঙ্গল অসিদা
ঙসি ফাওবা কোক্কুরি লাইবক থিবী লৈমনি।

মীনাই ২— (থুরুম্মী) মীতৈ লৈম লৈমরেল
মপারিদি নাউথিংখোং— কংলাদবু চঙলক্লে।

[ থোকখিবা, তাঙা অসিদা নাউথিংখোং য়াম্না মুঙাইহনা
মরক্ল লুক্লা চংলকই, মমানা মচাবু মুম্না য়েংলৈ, মমিৎ
ইরা চেনমিম্নৈ ]

নাউথিং— পলেম ( থুরুম্মী )

নাউথিং— ইপল তুবী লাইরেলদি ঐবু হুন্দোক চৎপ্রবোই
মতিক থোনা লৈবরা নবা শক্লোন হুন্দোক্লম ?
ইনথৎলকপা শাসিগী লাম্বা থিংবা ঙমত্রবা
মপুং ফাবা লৌশিংগী লানমৈ মৈগুম লংলবা,
উৎকে থম্না থল্লিঙৈ থম্নুং শবা তানপ্রবোই।

[মমানা মচাগী মথজাই নানবী, মপি তৈথোকপি থোঙ-
দগী তোন ফাওবা মুন্না য়েংলৈ, হরাওবগী মোমোন
মীনোক্কী লোইশিল্লকপগী অবা তেংথাথোল ]

নোংজেংগু— লাও পারি হোংনেময়াই, ঙসি কৌবা ইন্নুংশোয়
নপল তুবী লাইরেলদি মথৌ মঙম লোইত্রুনা
থম্নুং মোইথেম তৌবনা থোঙাক হেন্দ পুনবা
তাইবং শিংশৎথিবনা মকোই মুংওল পাংথরে
ঙসি কৌবা নোংদগী নপল লাইরেল মহুৎশিন
লৈবাক থোগাই পুনবা কংলা ফম্বাল শিন্নরে।

**Light Off.**

# Act IX.

পীতঙাগী মরানয়াই　　　　　নুমিদাংবাই

[ কুইরবা মতুংনি, পীতঙা য়াম্না চোকথনা লৈ ]

ঈশৈ— মুংশি মাগী চেংলৌদি
চীঙ্গোই তুরেলনা থনখরে
শেলোই চীংজাওদি লানখরে॥
পাইরিক্লো মুংশিবা শেলোই লোক্লুং তমহুনা
য়েম্নিং থাদি লাকপদা থম্মোই নৌহৌনখরে
পাইবিরক্লো মুংশিবা লৈরাং লৈহি থল্লক্লে॥

পীতঙা— (মুঙাইনা) পাম্মু পোইরৈ তাম্বনা মুংশি য়াবা 'মত্তা
থম্মোই মুংদ লৈরিবা তেংনা ফোংঙমখিদেদো।
খুমন মরানয়াইদবু শাইদাংহুনা লৈরমত্রা?
নত্রগা লম্লেন কৈদ মুংশি পল্লমগদবা
মাঞ্জ খোঙ্গুল লিনবা লম্লেন কৈদ চংকনি?

লাম্থাবা— লংমাই লিক্লু লৌথিবী ইমোম নঙবু তাবরা?

পীতঙা— নমোম কাদ করম্বা য়াবা তাকপিগদবা?

লাম্থাবা— শেলোই ঐথোয় য়েক্লবা লাইরেল উরা কোম্থৌবা
থম্মুং শবা তান্দুনা মালেম লৈতাইনখরে।

পীতঙা— মীতৈ কংলা ফম্বালদি হাংলিবরা অপোকপা?

লাম্থাবা— মীতৈ কংলা ফম্বালদি হাংফদে করিম্নুং?

পীতঙা— তুবী লাইরেল মৈদিঙু হোংনেমচা পুঙ্গাওদি
কংলৈ ফম্বাল লাংদ্রুনা তুবী ফমথোম্মগ্রব ?

লাম্থাবা— ৱাফম 'হুবু হায়গে নিং ইমোম কাদ লকপনি।

পীতঙা— কংলা ফম্বাল হাংফদবা— (মুংঙাইতনা শোনবা)
কাওরমগত্রা ঐহাকপু কাওকদে করিম্নুং।

লাম্থাবা— করিগুম্বা মহাক্না ইমোম নঙবু ৱাওইদ
থওই ৱাওই তৌত্রবা ৱাম্থে লাম্থাবা ঐগীদি
তাংজ ফিরুক খুম্বনি— খল্লু ইমোন, নহাক্সু
শেলোই লংমাই পুম্বৈম্সু মাই খুবনি খল্লুদো।
ল্যাংতক্লরি ইমোম্না উনিংবনা মহাকপু
করিগীম্সু উনিংলোই তালোই ওইবী মচংনি।

পীতঙা— মপল চৈরাক ফংহ্রুনা লম্লক শনবোই ওইহ্রুনা
ককঙাওননা লাকপদা চংজফমদি পিখিদো।
শেলোই ঐগী ঈকাদ থবাই হকচাং পোম্বা ওই
শেলোই ইবুং-ইপ্বানা মাগী থবাই তেমশিংদৈ
নুংনা পালবু কুৎপা শা মুংশি য়াইবী কনখিদো।
অদুগীম্সু মথক্ত— শরি পন্দোল লোম্নম্মী।
( নিংশিংবা— নাউথিংথোংগী থোঙ্গেলদা )
তুবী ল্যাইরেল মচানি পূক্লিং করি ৱাকাউনি
তুবী ল্যাইবুক ফহ্রুনা কংলা ময়াই ফম্লবা
লিক্লাই নিংথৌ ওইরবা শানৌ ইনেম মচাদি

পীতঙা— নিংথৌ ওইরম ফমদুনা লৈম ফমথোন হাপকনি।
লাইরেল নংেম মচানা করি মুংদ কাওরোইদো
ফুংলি থৌদু মুংসিনা অকাউ পরৈ থোক্লসি
খুৎফম নাইনা কিরমগে।

[ মুংঙাইতনা হিক-হিক কপ্পী ]

লাম্বাবা — মীৎলু লাইজ তরং হৌ নমিৎ-নমাই ইপোম পোম
খোয়ম পূক্লিং বারৌন করি মীৎকপ্পবনো?

পীতঙা— পঙ্হৌ 'পোকপা কাদমু করি হায়না তমসিবা?

লাম্বাবা— ইমোম নঙনা হায়নিংবা য়াবা পূম্বা খঙলেদো।
তুবী উরা কোম্হৌবা খমুং শবা তানখিঙৈ
নিংথৌ ফম্মু হাংফদ লৈবাক থৌগাই পুদুনা
বায়েন চুপ্পী পাইদুনা কংলৈ ফম্বাল তোংগনি
পোইরৈ শিল খুংনবু লৈবাক পাউজেল চেনখরে।

পীতঙা— খঙলেন থবাই কনখিবা
থৌদু মুংবু পুদুনা পোইরৈ তম্পাক তমগ্রগে।

লাম্বাবা— লংমাই পীতঙা লৌথিবী
পলেম নৌনা কায়নঙৈ পঙ্হৌ নাঙ্গল অসিদা
চাওননবা য়োক্লকপা ঙসি ইম্মুং শোইদগী
পঙ্হৌ ওইবা ঐহাক্তি মমোম কায়নখিবগী
অরা মৈশ লাংদুনা মুঙাইতনা লৈহৌনি।
চৎনবীনা পুনষনা অবাবনা নমদ পো

লাম্বাবা— তুংগী খোঙচৎ অসিমা খয়ুম করি তম্লিবা ?

পীতঙা— পন্থৌ অপোকপা··· ··· [মপাগী মথাদ কোনশিঞ্জে]

লাম্বাবা— মোম্ন, নঙনা শাৎপদি শেংলাই লংমাই পামসিদ
লোইবী চীংগী চম্নুনা পোইরৈ কংলৈ পুম্বগী
তুবী ওইরম ফমছুনা মীৎতৈ লৈম ওইছুনা
বংলা ফম্বাল তোংবদি চীংমী এখোয় পুম্বগী
লাইবক ফবা ওইরনি হায়দসিররা ইমোম ?
অহুম্নদি ওইরগা··· ··· ··· ··· ···

পীতঙা— য়াইফ মপাউ পিবিয়ু।

লাম্বাবা— ইমোম লিক্লু লৌথিবী

পীতঙা— অপোকপা!

লাম্বাবা— নহা ওইদৈঙ মরুপ্পা অহল ওইর কাওনবা
বারিদৈঙী মরুপ্পা, অবাবগা মরুপ শা
মুঙাইগ্রা মতমদনা অবাববু কাওথোকই।
লোক্তাক ওইবা মচক্তি, কংলা তুরেল কনাইদি
ঈকং থাগী মতমদা ঈতিনফম্বু ওইদঙৈ
মরি তৎন মতৌগুম কাওগ্রবদি কমদৌনি ?
নমু তাইবং মীওইদি কাওজনু থিবা মপোক্লি।

পীতঙা— চৎলমদাইগী মতমদা শরি পন্দোল লোম্লম্মী
কাওদ শুদম ওইনবা থুৎফম কায়দা কিরম্বা
নিংশিং পরৈ থোক্লনি— অকাউববু নিংশিংহন।

পীতঙা— নমোম চংচরুখিগে য়াইফ মপাউ পিবীয়ু।

লাম্থাবা— পঙ্খৌ ওইবা ঐহাক্কি পিনি য়াইফ মপাউদি
[ পীতঙা চৎকদবগী খোরাং তৌবা হৌই ]
অতুম্নদি ওইরদ করম পিনি ঐহাক্না
ইমোম নঙবু নুংশিঙৈ শেলোই লালোই পুম্বগী
থরাই চাক্না তোকখিবা পাম্বা খায়াত্তগীবু
নাঙ্খোক্তুনা চেনগ্রবা শজি মচা ওইগ্রবা—
নাউথিংখোংবু ফংহৌদা তাকশি শোম্না লৈহৌবা
নবুং-নোপ্পা ময়ামগী ঈখেং থক্না মাম্নবা
নঙগী লিচৎ অতুবু শিংথানিংঙাই ওইবরা ?

পীতঙা— অতুক হকপা য়ারাবু নমোম কাদ তাকপিবা
তালোই ওইবা মচৎনি ·· ইবু কনবনা
উতাংবীনা কপচনি পামেল উজাও তুবদা
পাইম খোয়খা থাবিন্থু ইপল পঙ্খৌ অপোকপা
অথাক-অরাও লাওতুনা কোরৌ নোংখোং শিনগ্রতুং
কুমগী নোংবু লাক্তুনা মালেম য়েন্নিং হুনখিগুম
হৌগ্র লানথি কোঙ্গাইচু ঙাকপিরোইদ্রনে পঙ্খৌ ?

[ হাওশমদা নুং ফুৎখিবগী অয়োম্বা নুং য়াওবা ফিচু হাপচিল্লি, শমদা চয়োম ফিনচিংবা থরন্থু হাপচিল্লি— মপাদা মুম্না য়েংই ]

লাম্থাবা— [মুঙাইতনা, থম্মোই শোক্না] ইমোম লিক্লু লৌথিবী

লাম্বাবা— চাংজো পানা চেক্লবা ঈচেল কনবা তুরেলনা
ইমোম নগুনা পামদ্রবা পম্বৌ ঐনা থিংলরোই
চেন্থ্রবা ঈচেলনা হঙ্গৎপদি চৎনদে
অপাম কাদ চৎখরো নুংশি মগাই থুংলুরো।

পীতঙা— ঈপল পম্বৌ অপোকপা—

লাম্বাবা— লংমাই লিক্লু লৌথিবী শম্মিৎ তুমিৎ থঙলোইদা
পোইরৈ কংলা মচিনফাও থিলহনগনি ইপানা।

পীতঙা— পম্বৌ অপোকপা— (মপাবু চেৎনা কোনশিঞ্জ)
[ মপা-মচা মমিত্তা ইরা চৌম— পীতঙানা হাওশম
লুদ-থোংজুনা তপ্পা চৎপা হৌই ]

Light Off.

## Act X.

কংলা                                                  নুমিদাংদগী অয়ুক

[ কংলা ফম্বাল তোংগদবা নোংম ৱাংলিঙৈগী নুমিদাংনি।
কংলা মন্নুং পুম্নাং লাংনৈ ]

নাউথিং— (নুংঙাইতনা শোল্লি) লাইবক থিনা তমগ্রবোই
অতুঙৈ ঐনা শেলোইদ পীতঙাগী মকাদ
শরি পন্দোল লোম্লম্বা ৱাশক কায়বা তারবা।
লংমাই চন্নু নহাকপু লৈম ফমথোল হাপ্নবা
নুংশি ঐগী ইপাউসে পাউথাতুনা পাউতাক্তে
লৈবাক থোনা কনবনা পুন্নমকপু কাওগ্রবা।
ঐবু করি হায়রিনি লোনচং নত্তে মাওইবৈ।
থয়োয— পাইম লংজিন কিগ্রবা লংলা লংজিন থোকচগে ?
নাউথিং— কৈরুংহাংবী পুকফবী হায়য়ু করি য়াবানো ?
থয়োয়— শেলোই লংমাই চন্নুদি ইচে 'বেম্মা পীতঙা
মাগী মপাল তাংতুনা থঙলেন নঙগী থবাইদি
কল্লকখিদো অতুঙৈ, অতুগীসু মথক্ত
মাঙ্গ নঙগী নকাদ ৱাইথুংজব কংলিবা
ইচেম মাই মপান্ননি কংলৈ মীতৈ লৈমগী
লৈমরেলগী ফমথোনসে ইচেমদবু থিন্দোকসি।
নাউথিং— থল্লি ঐসু অতুম্মা—

নাউথিং— খয়ুম মাগী নোংদমখোল করি হায়না তম্লিবা?

খয়োয়— কংলা ফম্বাল কাবগী পোইরৈ মাইকৈ খুংনবু
লৈরাং লৈনম য়েনগ্রফাও ঙসি ফাওবা অসিদা
মরা-মপাউ তাদবা পুক্লৌ-পাওরৌ লৈগ্রব্রা?

নাউথিং— তাইবং কনা খঙদবা খয়ুম মাগী খুংশেমনি।

খয়োয়— করিগুম্বা লাকপ থোক লৈম ফমথোন থিন্দোকসি
খুমন চম্নু লৈবনা লোইরং শিঙ্খোং ওইবরা?

নাউথিং— অমত্তুনি নহাক্নু কৈরুংহাংবী পুকফবী
হয়েং কংলৈ পূম্বগী হাংলি লৈম ফমথোনসে
লৈম নঙনা ওইতুনা মীতৈ লৈম ওইরনি।

[ হয়াওনা, নোকফেৎ তৌনৈ খঙমম মমশিনথি। নোং-ঙানবগী লাইট অসুম ঙান্থোরকই, কংলা ফম্বাল তোং-গদবা মুমিৎনি। লৈবাক্কী অঙম-অথৌ পূম্নমক শুনা তিল্লে। ফম্বালগী মথক্তা পাথংবা মচুগী লিম্না থাল্লি—নাকন্দা চোং, চুং ফিরাল তানচিংবা কয়ানা থৌগল তৌরি। থোইজু লাইথাম্নচিংবগী মৈথু থারি। নিংথৌ মনাই পূম্নমক্না শাফি-লানফি শেত্তুনা থৌগল তৌরি। নাউথিংখোং ইরম তরেৎকা ঈশিংনা ইন্ন শান্দোংলবা মতুংদা কংলা ফম্বাল কারমদাইদা তাইরেল মনানা নাউ-থিংখোং অমশুং লৈমরেম্বী থিক্তোকই। নাকন্দুদা নাউ-থিংখোংগী নাকল ওইরপ্ন; নিংথেম্নুবী নোংজেংশু ফম্লি।

নিংথৌনা সনা ফম্বাল তেক কাখিবগা লৈবাক মীয়াম্না]

লৈবাক মীয়াম্না— ইনিংথৌ নাউথিংখোংনা

ময়াম্না খুম্বা— । ( অহুমলক লাওই, খুমই )

মীয়াম— লৈমরেল খয়োয়রোল কৈরুংহাংবীনা

মীয়াম্না খুম্বা— য়াইফরে।

মীয়াম পুম্বা লাংনৈ ; অহুগী মতুংদা কংলা য়াইবুং থিনথি, থরাওচি ( ঈরোই মচনি৷ শেম্বা খোংনবা অমা ) খোংই।

পুপ্রম— (খুরুম্মী) ঙসি কোরৌ নোংদগী কংলৈ লৈম ওইরম্বী খাবরোল নোংজেংশুনা নিংথেমম্নুবী ওইরেদো।

মীয়াম্না— নিংথেমম্নুবীনা— য়াইফরে।

নোংথোল- উরা কোন্থৌ মপারি তুবী লাইরেল নাউথিংখোং ঙসি কৌবা ইনোংশোয় কংলা ফম্বাল কাহুনা লৈবাক খোগাই পুরনি বায়েল চুপ্লি পায়রনি তুবী লাইরেল ইনিংথৌ নাউথিংখোংনা— (য়াইফরে) খুমন চনু খয়োয়রোল কৈরুংহাংবী লৈমরেলনা মীতৈ লৈম ওইহুনা তুবী ওইরম ফমহুনা লৈমরেলগী ফমথোন্দি থিন্দোক্লেদো ঙসিদৈ মীতৈ খুমন অনিগী মরি হেন্না চেংলনি ( লাওবা ) লৈমরেলবী কৈরুংহাংবীনা— ( খুম্বা )— য়াইফরে

[ফম্বাল হেক কাখিবগা মীয়াম পূম্নমক্না মকোক নোল্লি থরাওচি হন্না খোংলকই— অতুগী মতুংদা মীয়াম পূম্ন-মক মকোক নোল্লকপগা লোয়ননা পেনানা সনা লমঙক শক্লকই।

কোরৌ নিংথৌরেলও
সনা ঝাংবা মৈতেংপৌ
সনা নমিরেল মিরেল থৌয়াংবু
য়িরেল্লক লমহেল্লক্কী কোল্লে
ইমু ইঙৌরোলগী
থারৈ লেমলৈলক
তাইবং চীংঙ্ নোংউ মাঙবু,
খায়গৎলক্কে॥
পুন্সি মুংশাংনা
সনা নমিরেল, মিরেল থৌয়াংববু
তিল্লম্লেমনে॥

... ... ... ... ...

ঈশৈসিগা লোয়ননা লাইট মমশিনখি। স্টেজগী মমাংগী মতাই ওইরপ্না পীতঙা হাওশম অমা নমদা পো মুঙাইতনা মমিত্তা ঈরা চেন্দুনা লৈবত্নমক উহল্লি 'য়াইফরে' লাও-রকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা পীতঙা লেপই। তাঙ্গা অসিদা ফম্বাল থৌরম লোইরে খঙনবগী মওংনি।

বাক্রম পম্বোংগী মওংনি। হাওশম থাই। অদুদৈ কিশি কিখিবা থোঙ্গু নুং ময়াম অদু হৈদোকই। খোঙ তপ্পা থাংবা হৌই—

শীতঙ্গা— ( মতোমতা )

বাজবৈনা নিংনফম মুংশিবৈনা নাউরোইফম
কায়নরমদাই ঈচেলগী তোরৈ ওইবা ঈহনফম
রী-রী হুম্বা মালংবৈ নাপ চিকথোন লেপ্পফম
মশাবী শেৎনবৈনা অবা পিরোই শিন্থফম
পাম্মুববু পামজনা শমু খুৎফম নাইননা
নমথাং মচেত্তা কিবা বাহৌ-বারোই অনিগী
থোঙ্গু নুংবু হৈদোকফম খম্মোই বাথৈ বারোইগী
ঙাইরকপদি ঙমদ্রবা ফঙমদ্রবা মপোকী
ফংলরোইদা লৈমগী বাখল থাজ লমসিবু
পোইরৈ মীয়াম পূম্বনা বাক্রম পম্বোং কোলোয়নৌ। (৩)

( নিংশিংলকপা— নাউখিংখোংগী খোঙ্গেলদা )

তুবী লাইরেল মচানি কোয়ৌ নোংনা খঙসনু
তুবী লাইবক লৈহুনা কংলা ময়াই ফম্ববা
লিক্লাই নিংথৌ ওইরবা শানৌ শীতঙ্গা ওইবীদি
তুবী ওইরম ফমদুনা লৈন ফমথোল হাপকনি
লাইরেল ননেম মচানা করি মুংদা বাকাওরোই
ফুৎলিবা থোঙ্গু নুংশিনা অকাও পরৈ থোক্লনি
( শীতঙ্গা য়াম্না মকোক ঙাওবগী মওংদা )

পীতঙা— শেলোই ইত্থু ইপাচা ঈপল ওইবৈ মমাংদা
ঈকাই মুংশি য়াম্নবা কাওমম্নসু কাওইদা।
(কংলা তম্না তপ্না মাঙ থানা চঙশিল্লকই)

[ মৈ পুমঙান ঙাম্ন্থোরকই— পীতঙা মমিত্তা ঈন্না চেন্দুনা লেপই— হুঙাইতনা য়েংনৈ। লৈম কৈরুংহাংবী মমায় লুক্রপ তৌখি ]

নাউথিং— ( নিংঙমদনা )
লংমাই লিক্লু লৌথিবী লাও চংলকউ ঐগী নাক
পলেম শিন্না নাওরোইবী থবাই মিরেল ওইরিবী
শানৌ ইনেম মচাও করিগীদি হঙ্গোইনি
( ফমফমদগী তপ্না কুমথরকই )
তুবী লাইরেল ঐহাক্না কংলৈ পোইরৈ পূম্বগী
ফম্বাল অসি তোংলসু শানৌ নফম্লাংদদি
শেলোই চীংদ মুম্লিনবা নহালনোংগী হোংনেমনি
লৈরি ফম্লেন ফম্ফমলাং পোইরৈ ফম্বাল কমসি
লাও, শানৌ ইনেমচা শারেল ঐগী য়েৎলমদ
ফমলো লাওনে মুংশিবী লৈঙাকমিম্নসি নহাক্না।

পীতঙা— তুবী লাইরেল ইশানৌ শেলোই কাদ মুয়িনবা
মুংশি তম্না থোকাওই তুবী করি থোয়জেম্নো?
শেলোই লংমাই পল্লিংনা লাইরেল থবাই হিংথিবা
তুবী করম থোকাওবা কাওমম্নসু কাওমল্লি।

পীতঙা— কত্রং তিলবু ওইরিভৈ য়োকফম প্লুম্না তিম্নবা
কুন্নাক ওন্ন মতমনা পাইমিন্নবা ফংদবা
লিক্লম অসি তোপ্পায়না— নাম নাম তাহৌরে।

নাউথিং— শানৌ ইনেম মচাও, কাওদে ঐনা করিনোং
ফম্বাল ফম্লেন ফম্ফমথক ফম্লোলাওনে ইশানৌ
লৈরি পোইবৈ ফম্বালথক ফম্ফম চাওনা কন্দুনা
লৈমরেলবী ফমফম্না তরাম্নবু ঙাইরিযে।
করিনীদি তুংহন্ন য়ানিংদবা উৎপনো ?

পীতঙা— য়ামজেম কাসা চাওজবী মোম্নু লাইবক থীবীদি
লৈরাং লৈকা শেত্তুনা হঙ্গেন শাশং কেম্নবী
শেলোই খুৎচা লাংবচীং মঙল তরং বাকচীং
করম্নবু হলবাইবা ইচু শেলোই মমাংদ।

নাউথিং— পাইম ঐগী য়ানিংদ থবাই মিরেল বারৌবা
মুংশি করি কিশিনো পাইম লংজিল পিয়ুনে
শানৌ নঙগীদমক্ত মুংশি ঐনা হিংখিনোং
করি নোংদ কাওফরোই থম্মোই ঐগী লৈরিভৈ

পীতঙা— মুংশি নঙবু বারৌদে—
মোম্নু ঐগী লাইবক্ত পোইরৈ মীতৈ লৈমগী
লৈমরেলবী ফমথোলসি— তম্নমদবননিকো।

থয়োয়— ( থুরুম্মী, চংশিল্লকই )
লৈমরেলবী ফমথোনগী পোৎলোই শম্পোৎ লৌবিয়ু

খয়োয়— (কংপা) ইচেম লংমাই পীতঙা ননাঙ ওইবী ঐহাক্না
কংলৈ লৈম ফমথোনসে থিন্দোকচগে ইচেমদা।
তুবী লাইরেল নিংথৌনা কংলৈ ফম্বাল কারিবা।
ইচেম পীতঙা লৌথিবী নপাম্ননি খঙজদো
তুবী লাইরেল মহাক্কী লৈম ওইনা ফংজবা
ইচেম নঙগী নপাম্নি, মপোক 'সিদ কাওজরোই

নাউথিং— শানৌ নঙগীদমক্ত হোংনেম ঐনা হিংবনি
কংলা ফম্বাল অসিদা হাংলি য়েৎলম থংবদা
কংলৈ পোইরৈ পুম্বগী পলেম মমা ওইবীয়ু।

পীতঙা— হায়হৈদবা য়াবানি, পলহৈদবা থোনফমনি—
ইপল কাদ হল্লরোই, চেংলৌ উৎপা ইকাইরে
তুবী নঙগী থবাইবু অদুৎঙ ঐনা কনথিনোং
শেলোই লংমাই পুম্বগী অচাক বাহৈ বৈরিনা
(মপাগী খোঙ্গেলদা ঙাংথিবহু নিংশিংলকপা)
খৌহু মুংবু ফুৎলগা পালবু ফুৎলি মহায়বা
শেলোই থবাই লিশিংদৈ মুংশি থবাই অমনা
[illegible] ইল্লি নিংবগী মতিক থোক্পা লমন্দি
থয়ুম মান্না পিসন্নু কোরৌ মানা থংসন্নু।"

পীতঙা— মৈশা ফুংলা থবাইনি হলবাইররোই শেলোইদা
মৌয়ু নঙগী নশানৌ নোংবাল লিক্লু ঐহাক্না
নমু তাকবং মীওইনা হিংঙম্নরোই নিংখরে

পীতঙা— চীংঙ্ নাক্ত খুংলগে বাংবল পাংনা য়েংলগে।

[ নোংলৈ-ঙ্গুংশিং অকনবা অমা লাক্লগা পীতঙা য়ুমজাও-লৈমদা তিনখ্রে ]— নাউথিংখোংনা পোইরৈ মীয়ামদা লাওথোরকই, খোম্থাং য়াওনা।

নাউথিং— মঙাং ঐগী লৈমরেল লৈরেন হনবী মফমদা
তিনখ্রে শানৌ পীতঙা তুবী ইয়ান বাশক কায়
তাও, পোইরৈ মীয়াম পুম্বা তাও নিংথৌ ঐ ইয়াথং,
শেলোই লংমাই পীতঙা য়ুমজাও লৈমদা তিনখিবা
ঙসি কৌবা নোংদবু কুমওন চহি খুদিংদা
হুয়েং পোইরৈ চাদোম্না বাঙম শুদোন তানববা
লোইদাম মকুম খুদিংদ পোইরৈ পুম্বা পুনেম্না
লংমাই পীশিন চীঙ্গোইয়ি লৈছন তমসি লৈয়াংনা
নোংয়াই য়িদা ঈরুপসি লৈমরেলবু নিংশিংনা॥

Light Off.

লোইরব্ব



# অইবগী কোংথরবা লাইরিকশিং

শৈরেং —

থম্মোই তেংথা

কেতুকী

ৱাংমদা

খুজেকপাদুগী শৈরেং

ড্রামা —

চিত্রকার

সুরস্থ

শ্রীমু

ফৌওইবী

উপন্যাস—

কনানা হায়রিগনি

কনাদনো হুক্তদবা

---